# পাউনা ব্রজবাসি অমসুং মাগী থাওলোন



ইজবা—

রাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর (অমিনসা)
শিংজমৈময়েংবম লৈকাই
ইম্ফাল।

# পাউনা ব্রজবাসি অমসুং
# মাগী থাঙলোন



ইজবা —

রাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর (অমিনম্বা)
শিংজমৈ ময়েংবম লৈকাই
ইম্ফাল।

অইবা :—

শ্রীরাজ কুমার সনাহল (অমিনসনা) সিংহ

লৈকম— শিংজমৈ মন্নেংবম লৈকাই

প্রেসিডেন্ট—

মৈতৈ ছয়েল লাংলোন একাদমি

রেজিষ্টার নম্বর 22/M/SR of 1987

Act XXI of 1860 of India



থাডোকপা :—

শ্রীছইব্রোম প্রেম কুমাব সিংহ

লৈকম— য়ুম্নাম ছইব্রোম

জেনেরেল সেক্রেটরি —

মৈতৈ ছয়েল লাংলোন একাদমি

অনিশুবা কোংবা – ৭ | ২ | ২০০০ ইং ফাইরেন

কপি মশিং—১০০০

অকোংবা: – রাজ কুমার জিলাসনা

মমল লুপা ৬০/

ছাপা নম্ফম:— শ্রীগৌরাঙ্গ প্রেস,

হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই, ইম্ফাল।



পাউনা ব্রজবাসি

জগৎনা শোন্নরিবা হে অথৌবা
নংগী থাওহাইবু কনানা তমদ্রুনা,
নংগী নগুণবু য়োম্লদগে অথৌবা
খোঙ্গুল অদু থিজগে
তাকপিয়ুকো অথৌবা ।।

মৈতৈ হুয়েন লাংলোন একাদমি
( সংজাল একাদমি )



**RAJKUMAR SANAHAL AMINSANA SINGH**

*(an approved candidate of Manipur Maharaja by the Government of India in 1956)*

**Founder of**

**Meitei Huyel Langlon Academy.**

# ৱাহৈদোক

লাইগী মগুন চেল্লবা ইপা ইপুশিংনা য়েলেহৌঙৈদগী শিজিন্ন-ফুতনা লৈরক্লবা থাঙ-টাগী মহৈনি। মনিগী মশক ওইরবা মহৈশিংগী মরমদা পাঙজত্রবা ঐনা করি থোইনা খঙপদগে। অদুবু ইজাতিগী য়াইফনবা হোৎনবীরম্বা লাই-গুরুশিংগী খুৱাগী উকূল মরিক-মরিক খরদং ইকোকথক্তা হাপচন্নুনা লৈবাকী, ইজাতিগী মমল নাইত্রবা থাঙ-তাগী মহৈশিবু—খরদং ওইরবস্সু য়োকখৎচবা পামজন্নুনা অমদি ঐবু তাকপি তম্বীরম্বা ওঝা কয়াগী য়াথংবু ঙাকচনবা লুববা থাঙ-টাগী মহৈবু লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি।

লাইরিক অসিগী মমাংদা খৃ:১৯৫৪ দগী ইনিংথৌ চুরাচান্দ সিংহজি সি: বি: ই:, কে: সি: এস: আই:গী য়াথং লৌজন্নুনা মৈতৈ থাঙগী ওইবা কাংলোন কয়া "সৎজাল অমদি মৈতৈ হুয়েন্স লাংলোন" হায়না ফোংজখ্রে। মনিপুরী অমদি ইংরেজিদা ফোংখ্নুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা লাইরিক অসি শন্দোকখ্রে অমদি নৈনখ্রে। মথং থাঙগী টাগী থেংগোৱোনগী ওইবা লাই-রীক কয়া মথং মথং ফোংন্নুনা শন্দোকখ্রে। ঐনা তমজবকপা থাঙলোনশিংগী খোঙফম কয়া ওঝাশিংনা তাকপিরম্বা অমত্তা কাইদনা পাফল নাইনা ( Geometrical form ) পুথোক্লুনা য়েকথোকপা মৈতৈ থাঙগী থাঙলোন খোঙফম লাইরিকসিগী অহানবা শরুক্তা হাপচরি।

ফোংজরিবা লাইরিকী লোইরকপা অসিদা য়াওরিবা থাঙলোন-শিং অসি মৌরৈবাক থাঙগী থাঙলোন্নি। মৌরৈবাক থাঙলোন অসিবু লানথোবা মেজর পাওনা মকী ওইনা ইজবগী মরমদি— মৌরৈবাক থাঙলোন অসি ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তকা মেজর পাওনা, লৌক্রাকপা শামু অমদি শিলোৎতাবা অহুম্না মনিপুরগী মপাল লৈবাক্তগী তমলুই।

মতুংদা মখোয়না মনিপুরগী লৈমায়দা মীরৈবাক থাঙলোন অসি শন্দোক্‌কই। মখোয়না পুথোরকপা থাঙলোনশিং তোঙান তোঙানবা মমিংগা কোম্নরা শন্দোকপা ঙসি কাওবা তম্নরি নৈনরি ; মৈতৈ মীহৌরোন্দগী শীজিন্নরক্লবা থাঙ টা মহৈগী পুকৈদা মীরৈ-বাক থাঙগী লৈচল অসিবু মতম চঙনা থিজিল্লহুনা হাপ্পীরম্বা মৈতৈ থাঙহৈবা মখোয়গী মগুনবু কনানা শিংথাহুনা লোইগদ্রগে। পাংজন্দ্রবা ঐবু মীরৈবাক থাঙলোন তম্বীরকপা মমল য়ামলবা ওঝা কয়ানা লানথোবা পাউনাগী অঙকপা মগুনগী য়ায়ীগা কোম্নরা তম্বীরকখিবা থাঙলোনশিংবু লাইরিক অসিদা, মহাক মশামক্কী ওইবা মীংদা "পাউনা ব্রজবাসী অমদি মাগী থাঙলোন" হায়না ফোংজরি।

লাইরিক অসিগী মমুংগী ওইনা শকক্লা খোঙজোম লানগী য়াৰি খরা, সুরচন্দ্র, কুলচন্দ্রনচিংনা অড়গা ইংরেজ সরকারগী খোরাং অমদি লানগী বায়নচিংবা য়াবি খরা তেংক তেস্তক্লা হাপচরি।

থাঙ-টাগী মহৈদা থিজিল্লক্লিবা শায়বোকশিংগা অমুক্কা হেন্না থিজিনবগী খুমাং চাওশিনবা ফংলবদি থনজাহুনা লাইরিক অসিবু ফোংজবনি। লাইরিক অসি ফোংনবগী থবক পুম্বা ঐগী ইচা (সেবক) হুইদ্রোম প্রেম কুমার সিংহ (জেনেরেল সেক্রেটরী মৈতৈ হুয়েন লাংলোন একাদমি) দা শিন্নহুনা একাদমিগী ওইনা পুথোক-পনি।

অরোইবনা— লাইরিক অসিগী অশোই-অঙাম, অরানবা কয়া মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি। অশোইবা অরানবশিংবু ঙাকপিনবা পাবিরিবশিংদা নোল্লুক্কা হায়জরি।

—অইবা

# এক্বাদমিগী মাইকৈদগী

"পাউনা ব্রজবাসী অমদি মাগী থাঙলোন" ইরিবা শ্রীগুরু রাজকুমার সনাহল ( অমিনম্বা ) সিংহ খৃ: ১৯০১ নবেম্বর তারিখ ১৯ দা পোকই। শত্রুঘন শাই তোলেন তোম্বা (নিংথৌরেন গরিবনিরাজ পামহৈবগী মচা ইবুংঙো ) গী গুথাং ওইনা নিংথেম শকহেন সনাতোম্বগী মচা ইবুংঙো ওইনা যুবরাজ বংশদা পোকই। খৃ: ১৯২৪ দা কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী মখাদা মেট্রিক পাস ভৌই। খৃ: ১৯৫৬ তা মনিপুরগী নিংথৌ ওইবা য়াররবা মীশক্তী হায়না ইন্দিয়া গভর্ণমেন্টনা মশক খংখি! থাঙ-টাগী লমদা কয়াম্বুক অথাংকল্লা মতম শাংনা হোৎনরকপনো হাইবদুদি পৃথিবীগী মফম কয়াদা শান্দাকথ্রেবা শ্রীগুরু খুৎনা য়েকথোকপা মমল য়াম্লবা থাঙ-টাগী Geometrical figure শিং অসিনা প্রমাম্নি—।

"পাউনা ব্রজবাসী অমদি মাগী থাঙলোন" শ্রীগুরু রাজকুমার সনাহল ( অমিদম্বা ) সিংহগী তরেৎশুবা খুৎইদা ফোংবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিগী মমাংদা ফোংথ্রবা লাইরিক পুম্বা মীওইবা জাতিনা মতম পুম্বদা কাম্নরগদলা ঙাক্কনি। পৃথিবীগী মফম কয়াদা নৈনথ্রবা মনিপুর জাতিগী থাঙ টাগী মহৈবু খোঙলোন খোঙফম মথং মথং নাইনা অনৌবা জুগ অসিদা মরেক শেংনা য়েকথোদূনা পুথোকপা অমদি শ্রীগুরুনা মীওইবা জাতিদা কৎথোক্লবা "মৈতৈ হুয়েল লাংলোন অমদি সংভাৎ" গী লুরবা খোঙফমগী পাফলশিং লাইরিক অসিগী অহৌবমত্তদগুু য়াওরি। পৃথিবী জাতি পুম্বদগী থাঙ টাগী লমদা হাক্না চাৎখৎতুনা লৈরম্বা মনিপুরনি হায়বা অদুগা থিজিনবা, হোৎনবা কনবা জাতিনি হাইবা শ্রীগুরুগী খৃ: ১৯৩৪ দগী ফোংদোক্লবা থাঙ-টাগী লুরবা খোংফমশিংনা প্রমান্নী। খোঙফম খোঙলোনশিং অসিদি হৈশিংবী লৈরেংবীনা মচল শুনা লেংথ্রবা লৈগী পরেংগুম্বনি। খুৎলাই পাইবা পাইদবা মখল কয়াগী ফিদুপ শাদুপ শারৈ শারাক য়েকথোক্লবা খোঙফমশিংশি নৈনরগা ফংলি।

চাউথোকচনিঙাই ওইবা রাকমগু খৃ: ১৯৫২ দগী মনিপুর গভর্ণমেন্টনা থংনা স্যার চুরাচান্দ সিংহ হায়্যার সেকেন্দরি স্কুলগী সেলেকশন অমা ওইনা য়েকথোক্লবা খোঙফমশিংশিবু ছত্রিশিংদা

তম্বীবগী থবক চংথরক্লি। অসিদসু নত্তনা মনিপুর অমদি ভারতকী মকম কয়াদা শ্রীগুরুগী মথাদা মহৈ অসিবু শন্দোক্লী, তম্নরি।

পৃথিবীগী মীওই পুম্বনা য়েংনীংবনা ঙাইনরীবা থাঙ-টাগী মশাম্না অসি চুম্না য়েংনবতা নত্তনা মহৈ অসিবু শন্দোক্নুনা তম্নাথিনবগী থৌদাং লৌবদা শ্রীগুরুগী ফোংদোক্লবা মৈতৈ হুয়েল লাংলোন অমদি সংজাম্ল'না অমুক্তা হেন্না থুমাং চাউশিনবা য়াগনি।

খৃঃ১৯৭৪ দগী অথেংবা মতমদা হুয়েল লাংলোনগী মহৈ অসি ফোংনা তম্নবা অমদি চাউখৎনবা হোৎনরকপা মতম অসি লৈবাক কয়াগী মহৈ অশোমদা থিগৎনবা, চাউখৎনবা, প্রজা অমদি সরকার যাওনা অকনবা খোংথাং লৌনরবনি। অথেংবা মতমদা মনিপুরগী তাংলবা মহৈশি নৌহৌননা চাউখৎনবা মীয়েং চঙলবসু মহৈ অসিবু অথং অহৈ কয়া অমদি সরকারগা খুৎশম্নতুনা cultural অমদি sports কী ময়ুকৈদা পৃথিবীগী অথন্নবা অমা ওইনবা অকনবা মীংয়েং তঙাই ফদে।

শ্রীগুরু রাজ কুমার সনাহল ( অমিনম্না ) সিংহনা মীতৈগী য়েলেহৌভৈদগী লৈবক্লিবা থাং টা মহৈবু চেৎনা থম্বীবতা নত্তনা মীবৈবাক থাঙগী লাংলোনশি বু লুনা থম্বীরমই মীওইবা হাত্তিনা থাঙ-টাগী লমদা হেন্না কান্নবা ফংনবা হোৎনবীরিবা শ্রীগুরু অসিগী ঐখোয় শান্নবোইশিংনা অচৌবা লমন অমমম তেংল্লবনি।

মৈতৈ হুয়েল লালোং একাদমি শিন্দাকপা গুরু অমদি প্রেসিদেন্ট ওইবিতুনা ঙসিমকসু শ্রীগুরু অসিনা শিন্দমলোইশিংদা মহৈশিংবু থুংশয়বিবি। পাবিবিবশিংনসু মহৈ অসিবু চাউখৎ লম্বীদা পুবিনবা মৈতৈ হুয়েল লাংলোন একাদমিদা লেংশিন-বীরকউ- ঐখোয পুন্না হোনম্মিন্নসি তাংলবা মহৈশিনা পৃথিবী পুম্বগী মীংয়েং চঙহনশি ঐখোয়গী মনিপুরদা।

ময়ামগী
হুইদ্রোম প্রেম কুমার সিংহ
য়ুম্নম হুইদ্রোম
জেনেরেল সেক্রেটরি
মৈতৈ হুয়েল লাংলোন একাদমি, মনিপুর।

# য়াওফম তাকপা

হিরম — লামায়

# Leg Movement of Meitei Huyel Langlon
# ( Satjal )

( সংজাল অমদি মীতৈ হুয়েন লাংলোনগী খোঙলোন )

১। থুরখা খোঙকম।



Salutary figurs

২। কদম খোঙকম।



Wagging movement

৩। খোঙচং।



Advancing from the left side.

৪। খোঙচং।



Retreating from the left side.

৫। খোঙচং।



Advance and retreating from the left side.

৬। খোঙচং।



Advancing from the right side.

৭। খোঙচং।




Retreating from the rtght side :

৮। কদম।




Advance and retreating from the right side.

৯। খোঙচং অথবা।




Flying wagging movement

১০। খোঙচং অথবা অপাইবা




Advancing flying from the left side :

১১। খোঙচং অথবা অপাইবা




Retreating flying from left side.

১২। কদম।




Advance retreating flying movement from the left.

১৩। খোঙচং অথুবা অপাইবা




Advancing flying from the right side.

১৪। খোঙচং অথুবা অপাইবা




Retreating fl\ing from the right side.

১৫। খোঙচং।




Advance and retreating flying the right.

## সংজাল থাঙগী খোঙকম।

১৬। ১ম পারা থাঙগী।
Lesson 1.




খোঙকম ৩। খাঙলোন ৩।

১৭। অনিসুবা পারা থাঙল
Lesson 2.




খোঙকম ৬। খাঙলোন ৬।

১৮। ৩সুতা পারা থাঙনম

**Lesson 3.**




খোঙকম ৩। থাঙলোন ১২।

১৯। ৪সুবা নাম শেংপি থাঙন।

**Lesson 4.**




খোঙকম ৬। থাঙলোন ৯।

২০। ৫সুবা তেলঙ্গা নাং খোংলোন

**Lesson 5.**




খোঙকম ৭। থাঙলোন ৯।

২১। ৬সুবা কীরাল নাং পাকল

**Lesson 6.**




খোঙকম ৮। থাঙলোন ১২।

২২। ৭সুবা স্নায়ুষী নাং পাকল।

**Lesson 7.**




খোঙকম ৯। থাঙলোম ১৩।

২৩। ৮সুবা কোরৌহৰা নাং পাকল।

**Lesson 8.**




খোঙলোন ১২। থাঙলোক ২৭।

24. **Lesson 9** ৯ সুবা য়াঙেনসম্বা লাং পাফল।




খোংলোদ ১০। থাঙলোন ১৫।

25. Lesson 10 ১০ সুবা অচাই লাং পাফল।




খোংলোন ১১। থাঙলোন ১৫।

26. **Lesson 11** ১১ সুবা কৈ-স্নেল লাং পাফল।




খোংকম ১৭/৫৪/ থাঙলোন ৩২।

**27. Lesson 12 ১২ সুবা মীবং লাং পাকল।**




খোংলোন ২০। থাঙলোন ৪৪।

28. Lesson 13 ১৩ সুবা নৈকোয় লাং পাকল।




খোংলোন ৪৫। থাঙলোন ৪৫।

29. ১৪ গুবা সুমহৎলাং পাকল

**Lesson 14.**




খোঙলোন ৬৫। থাংলোন ১০২।

30. ১৫ গুবা শি'জঙলাং পা'কল

Lesson 15.




খোঙলোন ৪৩—১২৯। থাঙলোন ৮৬।

31 **Lesson 16** ১৬ গুবা থাজ লাং পাফল



খোঙলোন ৫৮— ১১৬। থাঙলোন ১১৬।

31 Lesson 17 ১৭ গুবা মিরাং লাং পাফল।



খোঙলোন ১০০। থাঙলোন ১০০।

33. ১৮ তুবা তাইবঙ লাং পাকন ।

**Lesson**




খোঙলোন—৬৫ । থাঙলোন—৬৫ ।

34.

## ১৯ শুবা কোয়রেল লাং পাকল।

## Lesson 19




খোঙলোন ৭৭ | থাঙলোন ৭৭ - ৯৯

35. ২০ শুবা লাংবুম লাংলোন পাকল।

## Lesson 20



খোঙলোন ৯৭। থাঙলোন ১৩৩।

# Fingurs of Movement (Spear).

( তাগী খোঙলোলগী পাকল )

হিজম নৌতুনগী পাকল।




১। থৈথৈ অন্নর খোদা।




২। কবুই থেনগাউ খোসা।

হিজম নৌতুনগী পাকল।




৩। তাংখুল খোসা।




৪। মরাম শচা খোসা।




৫। মরাম অচৌবা খোসা।




৬। মরাম হুংসেঙ্গা খোসা।

তোংরম চাওয়াইমাগী পাকল।




৭। ভামৈ কবুই খোসা।




৮। অথৌ তাংখুল খোসা।




৯। থেং খোসা।




১০। খুনজাও লৈচাও খোসা।

তোংত্রম চাওয়াইমাগী পাকল।




১১। খুনত্বাক লৈতাক খোঁসা।




১২। পল্লিং-পনমাং খোঁসা।




১৩। মরাম মচা খোঁসা।




১৪। মরাম অচৌবা খোঁসা।

তোংত্রম চাওয়াইমাগী পাকল।




১৫। মরাম হুংসেম্মা খোঁসা।

লাইশ্রম মুক্তা সিংহগী পাকল




১৬। মৈতৈ খোঁসা পল্লান্দবী।




১৭। কবুই খুলেন খোঁসা।




১৮। তাংখুল খোঁসা।



১৯। মরাম মচা খোঁসা।



২১। মরাম লুংচোংবা।



২০। মরাম লুংশেৎপা খোঁসা।



২২। মরাম অচৌবা খোঁসা।

২৩। লুপী খোঁ (লুপ্রাবী খোঁ)    ২৪। থেন খোঁসা (থেজো খোঁসা)

২৫। পথেৎ মরিং।

# Figures of Sword Thankou

( থাঙগী থেংকোরোন পাকল )



Akao
অকাও


Leifal
লৈফল



Leinet
লৈনেং


Achai
অচাই



Nongfal
নোংফল


Atan
অতান


Anik
অনিক


Leikak
লৈকক



Leinik
লৈনিক



Lankak
লানকক

## (XVI)



Khunjao Leichao

— খুজাও লৈচাও



Pasi Loikhomba

পাসি লোইখোম্বা



Leimaren

— লৈমরেন



Akham

অখাম—



**Lanponthanbi**

লানপোন্থানবী



**Akham**

অখাম

# Figurs of Spear Thangkaus

( তা পায়রগা শাবা থেংকৌ পাফল )




Anoi

অনোই



Paphal

পাফল



Leinet

লৈনেৎ



Pasi

পাসি



Atan

অতান



Chakpa

চকপা



Kisi

কিসি




Asumbi

অসুম্বী




Chupsha

চুপশা




Lambaa

লম্বান



Plandabi

পলান্দবী

# মীরৈবাক থাঙগী খোঙকম




সলামি খোঙকম




কদম খোঙকম







কদম খোঙলোন, ওই-য়েং

হাং-তুংদা তাঙ্খোক-তানশিনগী মীরৈবাক থাঙগী খোঙলোন পুম্বা মৈতৈ হয়েল লাম্লোনগী ওয়া য়ামদে। অমদি মথক খুদিংগী পরাদা খোঙচৎ খোঙকম মথক্কী পিরিবা অসিদা অয়াম্বা শিজিন্নৈ। য়েকথোকপা য়াদবা ফিজুপ থম্লাক্ত লৈরি।

# পাউনা ব্রজবাসী অমসুং মাগী থাওলোন

## পাউনম শাগৈগী মৈহৌরোন

মৈংতিঙো নোংদা লাইরেন পাখংবদগী ২৩ সুবা মৈতৈ নিংথৌ হেমতৌ ইরান থাবা (খৃঃ ১১৬৩—১১৯৫) নিংথৌনা, অঙোম চম্নু অপানবী হেনসুংবীদা খৃঃ ১১৭০ দা মচানিপা চকলাই হোংখুন্না পোকই। চকলাই হোংখুম্বগী ঈনা পাউনম য়ুম্নাক শাগৈ তাখি। পাউনম শাগৈদি নিংথৌজা মঙাং য়েক সলাইনি।

মনিপুর সনা লৈবাক্কী, কংলা কোম্সুংগী মথা থংবদা লৈবা হাওবম লৈকাই কৌবম্বা হৌজিক্কী বাবুপাড়া কৌবা চিফ মিনিষ্টর অমসুং এম, এল, এ, (M.L.A.) ময়ামগী লৈকম ওইরিবসিদা, পাউনম তুলসীরাম কৌবা, লাইফম লাকপা ওইরম্বা অমনা, হাওবম মেজোর অথৌবগী মচানুপী কুনজেশ্বরী লৌহুনা শকাব্দ ১৭৫৫, খৃঃ ১৮৩৩ সুবগী পোইন্নু থাগী ৮ নি পানবা, শগোলশেন নুমিত্তা মচানিপা অমা পোকই, মমিং নাওলসিং কৌই।

নাওলসিং হায়বসি মতুংদা পাউনা ব্রজবাসী হায়না কৌনখি, পাউনম শাগৈদা পোকই হায়বগী, অসম্বদা পাউনা হায়নবনি। চহি ১৭ সুরকপদা নাওলসিংসি বৃন্দাবন্দা (ব্রজ বৃন্দাবন্দা) চহি ৭ য়োম লৈরুহুনা, ধর্ম্ম সাস্ত্রনচিংনা, মহৈ তম্মুই।

শক ১৭৭৮, খৃঃ ১৮৫৬; মশাগী চহি ২৩ সুরকপদা, মনিপুরদা হল্লক্লুনা; মৈতিংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা নাক্তা থৌগল তৌহুনা

লৈখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পাউনাবু ব্রজ বৃন্দাবনদা লৈরুই হায়বগী ব্রজবাসী হায়বা মিং থোনবিখি।

সেতু সেনাপতিগী সিজ তোমাল মঞ্জুরীনা পোকপী কব্রমম নিঙোল হেম্মালা লৈমগা নাওলসিংগা লুহোংদুনা মচামুপী ১। চাউবীহল ২। থমজেৎ ৩। মনিক ৪। কুমিৎলৈ ৫। দময়ন্তী ৫ পোকই। মচানিপা ১। মন্ত্রি ১। ইবোচাউবা ৩। তোনম্রা ৩ পোকই।

## পাউনা ব্রজবাসী

খৃঃ ১৮৫৬ সুবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা অকামহাওদা (চিনহিল) লোইপোৎ থোবা চংপদা, অকামহাওনা মহারাজ কোয়শিন্দুনা খুদোংথীবা থোক্রবদা, ব্রজবাসিনা হাওয়াম্বু তানথায়দুনা, মহারাজবু কনখি। মতুদগী ব্রাজবাসীবু সুবেদার ফমগা, পাখংবা য়েকপা নিংথৌফি ফুরিৎকা, জয়পত্র ফীরান সনা কোকথোন থেৎপগা পীখি। ফমলৌ মনারৌ পরি ৪গা, মনারৌ পরি ২ গা পীখি।

অকামহাওগী লান হল্লকপদা, লমখাঙদা, নরসিং মহারাজগী মচা সনা বড়াচাউবগা ব্রজবাসীগা মীচঙ ওইনসি হায়নখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজদি খৃঃ ১৮৭২ সুবদা পোকই।

পাউনা ব্রজবাসীনা খৃঃ ১৮৩৩ সুবদা পোকই।

খৃঃ ১৮৬৩ সুবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থাঙ, তা তমগে হায়না মৈতৈ লৈবাক্তা ওজা থিরকপদা ফংখিদে। মতমদুদা মনিপুরদা থাঙহৈবা লৈরবসু চোংথোরক্তে, মরমদি; চহি অসিমক্তা (খৃঃ ১৮৬৩) চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা, সনা চপ্রাপ্ত কৌবা, (পাউনা ব্রজবাসী অমসুং মাগী থাঙলোন হায়বা লাইরিক ইরিবা)

ঐগী পাবুং অহন অদু, থাও য়াম্না হৈ; মানা থাও-হাইবদা, দেবীগী মন্ত্রশক্তিগী কৃপানা নোংথাও কুপই। অদুগুম্না ঐগী পাবুং অহলদুবু নিংথৌশেম্না লান হৌরক্কনি হায়না কিবা ময়মদগী লিল্লোং তুরেন্দা ঙৌবোংখাউদা নমদুনা, মনাই নিপা ৩ গা লোয়ননা হাংখি। মদুগী কিবনা, মৈতৈ থাওহৈবা ওঝা থ্ পতুনা লৈপ্লবদা, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পঞ্জাবকী লাহোরদগী পঞ্জাবী অমা থাও তমগনি হায়না কৌরমই।

মহারাজনা পঞ্জাবীগী থাওলোন য়েংসি, মৈতৈ মচা কনাগা য়েংনবা থন্নরকপদা, চীঙা মখা শীংজমৈ থোঙাম লৈকাইদা লৈবা থোঙাম চাউবা কোবা পণ্ডিতস্ম ওইবা অহল অমবু কৌথৎতুনা হংবদা মানা অস্মুম্না মহারাজদা হঙ্গৎখি:—

শ্রীযুৎ ইবুংঙো! মৈতৈ লৈবাক্তা থাওহৈবা মৈতৈ মচা খরা লৈরিবসিগী মরক্তা:—নিংশিংজবদি:—

১। নিংথৌথোংজম সিলোংতাবা হায়বসি, থাওদি হৈ, কয়া কুপ্তে মরোন খরা রাংনা থোক্কদরা।

২। লৌক্রাকপম শামু সনা মীৎয়েং, ননাইসি, থাও হৈ অদুবু লৈত্তেং থাও, ফজবা ওইনা তৌই, য়াম্নবদি খরা নোপকদ্রা

৩। লিসম হাওবি হায়বসি, থাও কুপ্না হৈ, মীনদি কয়া উশিত্তে, মমাম্নবা থেংনবদা য়েংবা খরা মুংঙাইরোইদ্রা।

৪। য়েংথোইবা মেজোর থাও হৈ, মীগী মখুত্তগী খুৎলাই তাহনবা য়াবা মরোন্দি হৈ, থাওদি কয়া কুপ্তে লিন্দাস্ম খরা রাংনা থোক্কদরা।

৫। লৈম্ভা মেজোর, থাও হাইবা য়াম্না ফজে, লৈত্তেং-থাও ওইনা তৌবনা, য়াম্নবদি খরা রাংকদরা।

৬। চোংথাম মিয়া, থাওদি কুপ্না হৈ, মশা মউ রাং চাউই, মীওই মীতৌদি লেমই, মীনা য়েংবদা মপুক্তনিং থুকনি অদুবু লিন্দাদি কয়া পান্দে নিঙহন্দ্রা।

৭। য়াংথৈ মৈয়াবা, থাওদি কয়া কুপ্পা হৈত্রবস্যু, লিন্দাদি পাল্লি, থেংনবদা হল্লোই, খন্ননিঙাইনি।

৮। কাংওবম থাঙ্গাল তুলিনহা মেজোর থাওহৈবনি শ্রীযুৎকী ওইথাও খনবা ননাইনি, মৈত্রবাকী মকোক থংনা লুচিংবা ননাইনি, কয়িগুম্বা শোইয়বদি মীয়ৈবাকনা মনিপুরবু উশিংখিরোইদ্রা।

৯। শোগাইজাম্বা বলবাম তুলিহন মেজোর, শ্রীযুৎকী য়েংথাও খনবা ননাইনি, মনিপুরগী থাইদগী অয়াংবা থাকী নিংথৌশেনবা অওম্বনি, কবিগুম্বদা খুদোং চাদ্রবদি, মৈত্তৈ লৈবাকপু মীবৈবাক্তা তুং ফাওবদা ববিস্যু ওইনা খম্ম-খিরোইদ্রা চিংনৈ।

১০। পাউনম নাওলসিং ব্রজবাসী থাও-কুপ্পা হৈ, ননাই মশাগী পীথোয়কপা হৈনবা খুজেং-ককপা হায়বা-থাওলোন অমগা হৈ, মন্ত্রশক্তি লৈবা নিপানি, মবিন লৈ, থেংনথ্রবদা হল্লোইদবা মীনি, শ্রীযুৎনা হেন্না সনা বুদ্ধি তাবিবিবনি, অকামহাওগী লানফমদা শ্রীযুৎকী থৌগন ফংজথ্রবা ননাইনি, ননাইগা চাং যেংনহনবনা শোইযোইদ্রা খনজৈ, সনাবুদ্ধি নোংদম্বীনবা হঙ্গৎচবি। অস্যুম্না লোংজাম্বা লমাসিং মেজোরগী য়ুমদা, পঞ্জাবীগা পাউনা ব্রজবাসীগা, গদগা চুঙ্গোই পাযনহুনা চাং যেংনবদা পাউনানা পঞ্জাবীগী মখুদাংদা (য়েংতা) ফুহদা, পঞ্জাবীনা পায়বা গদগাহু লৈবাক্তা তাখি।

পঞ্জাবীহুনা হায়, থাও ওইববদি, থাওগী খুহুম য়াওবনিনা খুত্তগী খুংলাই তাবোইদবনি, খুহুম য়াওদবনা তাবনি হায়বকই, মহুদা ব্রজবাসীনা হায়, থাও ওইরবদি নখুত্তু কক্লগদবনি, থাও লাবতা নত্তে, নখুংস্যু কক্তুনা তাগদবনি, ফরে হৌজিক নং থাও

পায়রু হায়বদা, পঞ্জাবীহ্ ইকাইহ্না মাইথিবা ফংহ্না থাং পয়রু হায়বা য়াদহ্না চৎখি। হুনখি।

পঞ্জাবীবু মায়থিবা পীরবদা, মহারাজনা মথাগী নিপা ৩ বু মীরৈবাক্তা থাঙ তমলুনবা থাখি, মখোয়হ্দি : —

(১) পাউনা ব্রজবাসী।

(২) লৌক্রাকপা শামু-সনা মীৎয়েং।

(৩) নিংথৌখো'জম সিলোংতাবা।

মখোয় ৩ না সিলোং, কলিকতা, মীরৈবাক্তা থাঙ তমলুই। মথক্কী ওঝা অহ্নমনা, মীরৈবাকী থাং তমলুরগা মৈতৈ লৈবাক্তা মহ্ থরা তম্বীরমই। সিলোং তাবা, লৌক্রাকপা শমুগী থাঙদি খুরাই, য়াংথৈরোমদা থরা শজোরমই।

পাওনা ব্রজবাসীগী থাঙলোন্দি, য়াইস্কুলোমদা শজোকপীরমই। ওজা অতৈগী থাঙলোনদি থোইনা থেংনদে। পাউনম ব্রজবাসীগী থাঙলোন্দি, য়াইস্কুলগী মফম অয়াম্বদা থেংনৈ। থোংজোমগী লানকমদা খুহ্প ৯ য়াংনা চোংখত্তুনা বোম মৈরী ককপা, নোংমৈ গুলি নান্দবা, থাঙ-তা চঙদবা, ভাইহাক, ভাইহাক উহন্দবা য়েরুবনা কোয়শিনগ্রবদা, মন্ত্রগী শক্তিনা তানখাইহ্না মায়থীবা পীবা ভম্বা, ময়ামগা পাবা ভম্বা খোঙলোন, থাঙলোন, ওইগী বাক, য়েৎকী বাক. মীয়ামগা পাবা য়াবা খোঙলোন, থাঙলোন ফীবম, ফিহ্প, মশানস্থ লান্দা উৎলম্বা, থেংনবা মীনা উহৌরবা মরোল থরা কপ্পা মথাদা নিংশিংলকনি।

খৃঃ ১৮৮১ দা, কালেনগী ২২ নি পানবা শগোলশেল ভুমিত্তা থাজাল মেজর, ক্রম সাহেব অমসুং ব্রজবাসিগা লোয়ননা কহিমা খিবোমৈদা লান চৎপদা, ক্রম সাহেবপু হাওনা কোইশিনগ্রবদা

ব্রজবাসী হাওয়াম থুগায়হনা সাহেবপু কনখিবগী মনারো পরি অমা পিখি।

খৃ: ১৮৮১ গী পোইন্সু ২০ নি পানবা থাংজা হুমিত্তো, শৌ-গাইজাম্বা বলরাম মেজোর, ব্রজবাসী অনিনা ববো কেস্তাব খুগা-ইবদা, ব্রজবাসীদা মনারো অমা পিখি।

---

## কৰ্ত্তাবংশ—টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী মৈহৌরোন।

খৃ: ১৮৮৬ কী তাং ২০ | ৫ ১৮৮৬ ইংগী মুমিত্ত, মনিপুর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি নোংগারবদা, মচা অহল শুবচন্দ্রনা নিংথৌ থুবম ফংই খৃ: ১৮৮৬-১৮৯০ )। নিংথৌ নোংগাবগী অহিং হীরুশঙদা খাঙলেল্লিবৈদা, নরসিং মহারাজগী মচা সনা বড়াচাউবা ৱাংখৈরাক-পনা, মনাও মেগজিন অমস্তুং অতোপ্পা নিংথৌমচা ১৫ গা লোয়ননা লানমী ২০০ রোমনা নিংথৌশেম্বা লান হৌখি। খুদোংচাদবনা কছাব তান্না চেনখ্রগা, অমুক নিংথৌগী শ্রাদ্ধ কৰ্ম্ম তৌদ্রিবৈদা বড়াচাউবনা পাউনা ব্রজবাসী, চোঙথাম মিয়াना লুচিংহুনা লান হৌরকই। লানহৌবশিংনা সোইদনা কোম্নুং লৌখিবা তারবদা; থাঙ্গাল মেজোরনচিংবা অমুক্তুং লাইবক য়েংহুনা মখোয় হনব্রা য়েংসি হায়হুনা, নোংঙাল্লমদাইদা মঙ্গলার্ত্তিগী খিংগদবা শ্রীগোবিন্দগী শরিক অহু অহিং পুং ১০ রোম তাবা কান্দা শরিক খিংহনখি।

শ্রীগোবিন্দগী শরিক মখোল তাবদা, লানহৌবশিংনা মখোয়না লাকপা মতম খঙহৌদবনা শ্রীগোবীন্দগী মঙ্গলার্ত্তী শরিক খীংলে নোং ক্লান্দোরে খুদোং কয়া চাররোই, হন্দোকখিসি হায়না, ইরোই-শেনবা চীং তাম্না হন্দোকখি।

নোংঙাল্লগা সনা কোম্নুংগী লানমীনা কোয়শিন্দুনা লৈরবদা লালহৌবশিংহু খুদোং চাত্রহুনা, সনা বড়াচাউববু শগোল তোংহুনা নোংচুপ্তা কাছার তানা হন্দোকউ হায়না থাঞ্জগা, চোংথামমিয়া, ব্রজবাসীনা লান ঙাইহাক খিংখিগে হায়না লৈবদা বড়াচাউবদি সনা কোম্নুংগী তেঙ্গোম্বা শগোল থৌজিনখিহুনা চেনশিনখ্রে; মতৌ অহুদা লালহৌবা, মিয়া, ব্রজবাসী অনিনচিংবনা, কান্নদ্রে, নিংথৌ ওইদৌ-বিবা মশানা সরেন্দর তৌখ্রবদা, মখোয়না লান তৌবগী কান্নরোই

হানা থন্নহুনা খুংলাই থাহুনা ফাহনখি।

কোন্নুংগী কাংবু যুবরাজ, টিকেন্দ্রজিৎনচিংবনা, মিয়া, পাউনাদি পাবুংগী মনাইনি, ঐথোয়গীসু ওঝানি বড়াচাউবগী লান য়াওরকবগী মরমসু থওকৈ, হৌজিক ঐথোয়গী মীচঙদা লৈবীরো হায়ববদা ব্রজবাসী, মিয়ানচিংবনা ফয়ে হায়না য়ানখি।

থাঙ্গাল মেজোর অমসুং প্রজানা, নিংথৌশেম্বদি হাৎকদবনি, অতুবু মতুমক্তি হেক য়াদ্রবনিনা নন্দিদি লৈতবা য়াদে হায়রবদা বন্দি মুংঙাইবা ওইনা থমখি। সনা বড়চাউবদি হাজারীবাক্তা নন্দি ওইনা থমখি।

# শুরচন্দ্র নিংথৌ (১৮৮৬-১৮৯০)

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা লোক্লাখ্রবদা, মচানিপা শ্রীশ্রী সুরচন্দ্রনা মনিপুরগী নিংথৌ ওইখি খ: ১৮৮৬-১৮৯০ কাওবা মহাকসি মপাঙ্গল শোনবা অতুগীসু মথক্তা মচিন-মনাও পোকমিন্নদবা, পোকমিন্নবশিংদসু মীচঙ মীথায় নাইবা নিংথৌ অমা ওইখি। হায়নখিবা রাদা অরেপ্পা লৈতবা, মবুক লেপ্পুবা নিংথৌ অমসু ওইখি।

সুরচন্দ্রগী মমা তিন্নবা মনাও পাকা সনাপা, মমা ভিন্নদবা টিকেন্দ্রজিৎ কোয়রেং কৌবগা, মায়পাকপী কৌবীঃ মশক মতৌ ফজবী মুপী অমগী মরমদা মথোয় অনি মুঙাইনখিদে।

লৈবাক্তী চৎনবীগী মতুংইন্না, টিকেন্দ্রজিৎনা সেনাপতি কুম ওইখি, পাকানা শগোল হনজবা ওই। কুম ওইবগী মরমদসু মবান্নি মুঙাইনখিদে।

মমা তিন্নদবা মনাও জিলাঙম্বানা কৈ কারগা, বাঝাই বেঙ্গুল খোংহুনা হন্নকপনা, পাকাসনানা বাঝাই বেঙ্গুল খোংহন্দবগী মচিন মনাও মুঙাইনদে।

মৈত্রবাক্কী রায়েন বিচারদি, যুবরাজগী মখৌনি, যুবরাজনা খ্যাইগী মকোকনি, অহুবু, নিংথৌ সুরচন্দ্রনা, মনাও পাকাসনা রায়েনশঙগী খুাইদগী অরাংবা ফম অমা পীশিন্দুনা, কুলচন্দ্র যুবরাজগী মথক্তা য়েংশিনবা অহুগী যুবরাজবু ইকাইবা পীবা অহুগা, মচিন মনাও পোকফিন্নদবনিংহ্ লৌথোকপা, ইকাইবা পীরকপা তারবদা, অহুদগী, ফম লৌথোকপা, ভানথোকপনচিংবা তৌরকদবা উরকপা, নিংথৌনসু পোকমীন্নবা, মমা তিন্নবা পাকা সনাগী মীচঙদা লেপথিবা মরম পুন্নসি উরকপদগী সুরচন্দ্রদি, কিগনবনি, কিহল্লগা হন্নবা হায়হুনা তারিখ ২১। ৯। ১৮৯০ ইংগী অহিংগী অথেংবা নোংমাইজীং চুমীংকী নোংয়াইগী মতমদা, মমা তিন্নদবা অঙৌসনা, জিলাঙন্দগা অনিনা, সুরচন্দ্র নিংথৌ তুমকম কাহুগী মন্নুংদা নোংমৈ মথক্লোমদা কাপশিনখি। অহিং অথেংবহুদা সুরচন্দ্রসি, মাগী নিংথৌগী থাঙ পোৎলোই সম্বোংকা লোয়ননা মনাইশিং খরগা কোন্নুং থাদোক্নুনা রেসিডেন্সীগী বাঙলাদা চেনখি। লাংবন থা ৭ নি পানবা শঃ ১৮১২ সুবা।

অহিংহুগী মতমদা টিকেন্দ্রজীৎনা নোংমৈ মখোল তাবদা য়েংবদা, মনাও অঙৌসনাগা, জিলাঙম্বনা তৌরম্বা, সুরচন্দ্র নিংথৌসু লৈরমদবা অহুদা, টিকেন্দ্রজীৎনা সনা কোন্নুং ঙাক্নুনা লৈরগা নোংঙাল্লগা কোয়রেং টিকেন্দ্রজীৎনা তাং ২২। ৯। ১৮৯০ ইংগী লাংবন থা ৮ নি পানবা নিংথোকাবা চুমীংতা রেসিডেন্সীদা চংহুনা, সুরচন্দ্রবু, হনজিন্দুনা নিংথৌ ওইবীদু ইচিন্নাওশিংদদি মীচঙ, মীথায় নাইবীগনু হায়না হায়জবদা, সুরচন্দ্রনা য়াখিদে।

## কুলচন্দ্র

তাং ২১।৯ ১৮৯০ ইং নোংমাইজিংগী লালহৌ অসিদা, কুলচন্দ্র য়ুবরাজদি য়াওখিদে, তারিখ অসিগী নোংমাইচিং সুমিংকী সুমিদাংরাইবমদা, কুলচন্দ্র য়ুবরাজদি, কাঙ্গু থাদোক্লুনা নম্বোল তান্না চংখি। মতংগী সুমিং,

তাং ২১।৯।১৮৯০ ইং নিংথৌকাবা সুমিক্তা হল্লক্লুনা, মনাওশিংগা রা তানবদা থোইদোকপা অকায়বা তৌনদে।

অমরোমদনা মতমচুগী পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমউড সাহেব না শূরচন্দ্রবু বৃটিশগী অবৈদা সিপাইগা লোয়ননা, লাল তৌহুনা কোম্মুং লৌনবা হোৎনসি হায়বদা শূরচন্দ্রনা য়াখিদে। অমরোমদনা পাকাসনাচিবনা লানমী থোমহনা, থাঙ্গ-পাং মপান থকোয়বদা লাল শোক্লগনি হায়না লৈরবদা, শূরচন্দ্রনা মনাওশিংবু থামহনা তৌগম্মু: নয়াম্ব না নিংব থুনবা তৌসম্মু, ইয়াম্বদা থোগল কায়বা লম্বী পাবুংনা তাকপিরম্বদা য়াওদে, লাল তৌবা য়াদে হায়না মনাওশিংবু থামখি।

রাকম অমনা শূরচন্দ্র মহারাজনা বৃন্দাবন চৎগে হায়না লেপ্লুনা মহাক্না সিংহাসন পামদ্রে হায়বসিগী রাকমসি অচুম্বনি হায়বসিগী সাক্ষি প্রমানি:—

শূরচন্দ্র নিংথৌনা সনা কোনুংদগী চেনবদা লোয়নরকপা নিংথৌ কি. থাঙ অমদি অতোপ্পা নিংথৌগী পোৎলোই সম্বোৎপুম্বা, মনাও টিকেন্দ্রজিৎতা পীরক্লপা, চিঠি অমগা লোয়ননা ঐহাক বৃন্দাবন চংপদা থুদোং থীবা থোক্তনবা শীল্লু হায়না পীরকপা চিঠী পোৎলোই সম্বোৎ অসিনা লেঙত্রবা সাক্ষি প্রমান ওইরি অমুম্না:—

তাং ২৩ । ৯ ১৮৯০ ইং নৈপাকপোকপা, লাংবন থা ৯ নি পানবদা শূরচন্দ্র মহারাজগী চিঠী অমসুং নিংথৌ পোৎলোই সম্বোৎনচিংবা ফংলবদা টিকেন্দ্রজিংনা ময়াম্বুং শূরচন্দ্রগী চঙগদবা পোৎচৈগা লোয়নননা লুপা ৩০০ (চহুমগা পীহুনা য়ানরবা মতুংদা নুমিৎসিগী মুংথিলদা মনাওশিংনা অওম্বশিংগা তানহুনা ময়াম্বুং কুলচন্দ্রবু মনিপুরগী নিংথৌ হাপখি। মতুদা টিকেন্দ্রজিৎনা যুবরাজ ওইখি, অঙৌসনানা সেনাপতি ওইখি। জিলাঙম্বনা শামু হঙ্গবা ওইখি।

নুমিৎ অসিগী অহিংদা শূবচন্দ্রনা মনাও পাকাসনা, থম্বৌসনা গোপালসনা অহুমগা মনাইশি ৬০ রোমগা পোলিটিকেল এজেন্টনা পীবা গুর্খা সিপাই ৩৫, পোলিটিকেল এজেন্টনা পীবা পামিৎ চেগা লোয়নননা পুহুনা কাছার তোংঙৈজে মরিন লম্বেলদা চৎখি।

## শূরচন্দ্র

শূবচন্দ্রনা লমাংদোং য়োরকপদা, মনাইশিং, মনাওশিং ময়াম্না ছায়বদগী, সনা কোম্বুংদা লুপা ৩০০০ (লিশিং অহুম) পীরকউ হাইহল্লুই। কোম্বুংদগী মনাওশিংনা পীরক্তে। মতাং অসিদগী অকায়বা হৌরে। মরমদি:—

শূরচন্দ্র নিংথৌনা পুকচেল লেপ্পবা, মানা নিংথৌ থুবমশিন্নবা মতমদা মুম্না থম্নরগা অয়েম্বা রা ঙাংনরগা শিন্নকম থোকপনি, অহুবু, মানা মরমতু মুম্না থম্নদবা, মনাওশিংদা মানা নিংবা থুংনবা শীন্নকউ হায়না কুপথহৌদবা মরমদগী, কোম্বুংদা নৈহৌবা মনাওশিংনা, তৌরকপদা, মহাকনা য়াহুনা চৎপনি। নৈবাক নিংথৌ থুবম থাদোকপবু লুপা লিশিং কয়ানা মতিক চাবনো, মহুগী রাধন তৌংহোদবা মরামদগা মতুংদা রা অকায়বা লাওপনি।

অমরোমদা, কোম্নুংদা লৈহৌরিবা, নিংথৌ খুবম্নচিংবা কংহৌরিবা কাঙবুস্থু মুম্না রাখল তৌরগা নিংথৌ খুবম অমবু কংবদা থরায় থাবা, লুপা কয়া চঙনা ফংগদগে হায়বা খল্লবদি ময়াম্বুং নিংথৌনা হায়রক্লিবা লুপা লিশিং অহুমদগীস্থু হেম্না পীবা য়াবনি। অদুবু মশানা য়ানা থাদোকলবনি হায়না রাখল তৌহৌদবদগী মতুংদা অস্থুক য়াম্বা বাথোক ওইদুনা, অদুদগী হেন্দুনা লৈবাক রাথোক ওইদুনা লৈবাক প্রজা অবাবা ওইখিবা লৈবাক অমগী নিংথৌ খুবম ফংলবা ফাম্বদা মাঙবা অসি ওইখিবনি।

মসিগী দায়ীদি নিংথৌ মচাশিংগী দায়ীনি। মবমদি মথোয়না লৈবাক্কী অঙম্বশিংগা তাম্নবগা হৈগদবা থবক্তি। অদুবু মতমতুগী লৈবাক রায়েল পুন্সিবা, নিংথৌ ঙম্না অচম্না মতীক চাবা লৈঙম্না নক্তুগা অঙম্বশিংনা হায়বা বা তাদা তৌদনা নিংথৌমচাশিংনা মথোয়না নিংবা পুংলে হায়দুনা অঙম্বশিংগী মরা তাদবা মসি থম্ননিংঙাইনি।

অস্থুম্না নাকল অনিগী ভাব জ্ঞানদবা মুম্না খন্নদবা মরমদগী য়েলহৌডে লৈবাক নিংথৌ পাল্লকপদগী মনিঙ-মখা হুম্না পাল্লকপা মৈত্রবাক অসিবু মীথা পোননগুম থোক্কলিবা, মিশৌ চঙবগুম তৌরিবা অসি থাঙ্গে শেংবা নিংথৌ মচাশিংগী দায়ীনি। মদুনা মরম ওইদুনা লৈবাক প্রজা ফাওবা অরাবা ওইরি। মসি থোকতনবা মতুংদদি, নিংথৌনা নামা লৈবাকনা নামা ওইদুনা লৈঙাকপগী পথাপ চংপনা অচুম্বা অকবা ওইগনি।

অস্থুম্না, নিংথৌগী মচাশিংগী মন্নুংদা অকায়বা, পুকচেল তিম্নদবনচিংবা ওইবা মরমদগী।

তাং ২৯ | ৯ | ১৮৯০ ইং (শক:১৮১২) নিংথৌকাবা সুমিৎ লাংবন থা ১৪ নি পানবা স্থুমিত্তা, কুলচন্দ্রনা ময়াম্বুং সুরচন্দ্রনা নিংথৌ খুবম থাদোক্লম্বদগী মানা মনিপুরগী নিংথৌ

কংলে, ওইরে হায়ন। ভারতকী ভাইসরোইদা চিঠী থাখি।

তাং ৮ । ১০ । ১৮৯০ ইং য়ুমশকৈশা মুমিত্তা, সুরচন্দ্রনা শিলচর জিলা য়ৌবগা, মপুক্কিং মুঙাইতদবগী Political Agent গ্রীমউডনা শীবা পার্মিট অমা কবি হায়রিবনো হায়না য়েংহনবদা, চিঠিগী মরোন্দা অসুম হায়বমই :--

ঐহাক ইশানা যানা সি হাসন পাদোকচরে, হায়রমই। মচুদা, সুরচন্দ্রনা মানা কমাংগা য়াবগা; কোন্নুংদগী লুপা ৫০০০ পীরকউ হায়বা। শীনগুবগা শাউনিবগা, হুঙাইতবগা, মবুক চেল লেপ্পুবা অসিনা মবম ওইদ্রে। ভারতকী ভাইসরোইদা ঐবু নিংথৌ ওইনদা মহেং পীবিয়ু, অকুপ মরোন মতুংদা পীজরকে হায়না টেলিগ্রাম থোল্লুনা হায়খি।

তাং ১৪ । ১০ । ১৮৯০ ইং ( শ ১৮১২ ) লৈপাকপোকপা মনীত্তা সুরচন্দ্রন কলিকতা য়ৌগা অপুনবা মরোন য়াওবা লাকৎচে ভাইসরোইদা থাখি।

## মনিপুরগী সিংহাসনগী মরমদা ভারত সরকারগী রায়

শূরচন্দ্রনা অমুক নিংথৌ ওইনজিনহনবদা ভারত সরকারনদি য়ানিংদবা লৈরমদে। অদুদা মনিপুরগী পোলিটিকল এজেন্ট গ্রীমউড অমসুং আসাম চিফ কমিশনার অনিনা য়াররমদে। অদুম ওইনমক, ভারত সরকারনদি এজেন্ট অমসুং চিফ কমিসনার অনিনা হায়বা রাকমনি, অকবা ওইগদ্রা, ফত্তবা ওইগদ্রা হায়না চিংনবা পোকই।

অসুম্না য়াম্না মুম্না খল্লরগা কুলচন্দ্রবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইবদি য়ানিংখি, অদুগা লৈবাক ভাকপগী থবক্তি বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা লৈবা টিকেন্দ্রজীৎকী মথুক্তা তাপ্রগনি হায়না খল্লবদগী

ভারত সরকারগী মতনা অমা এজেন্ট অমসুং চিফ কমিসনারগী মতনা অমা অসুম্ন মত খেন্নবা মরমদগী ভারত সরকারনা য়াম্না কুপ্না খন্নরগা রায় অহু খৃঃ ১৮৯১ গী ফেব্রুয়ারী থাদা হায়দোকখি। মহুদি :—

মখাগী রারোনসি য়ারবদি কুলচন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না ভারত সরকারনা য়াগনি, মহু দ :—

তাং ১০ । ২ । ১৮৯১ ইং

(১) পোলিটিকেল এজেন্টনা রেসিডেন্সিদা সিফাই ৩০০ (চহুম) থম্বদা কুলচন্দ্রনা য়াগদবনি।

(২) পোলিটিকেল এজেন্টকী পাউতাক মতুংইন্না কুলচন্দ্রনা মহাকী লৈবাক ভাক্কদবনি।

(৩) টিকেন্দ্রজীৎপু মনিপুরগী রাজ্যদা পুথোকখিবদ, কুলচন্দ্রনসু য়াগদবনি অমদি রাফমসি পাংথোক্কব। হোৎনবদা বৃটিশ সরকারগী মতেং মহাকনা পাংগদবনি।

মতমহুগী ভারত সরকারগী গবর্ণর জেনেরেল ওইনম্বা লর্ড-লেন্টডাউন্নদি, রাফমশিংসি কুলচন্দ্র মহারাজনমু শোয়দনা য়াবক্কনি হায়না থাজরমই।

মরম অহুনা রাকংলক্লিবা শুরচন্দ্র মহারাজদা, মহাকপুদি নিংথৌ ওইহল্লরোই হায়না খঙহনখি। অহুম ওহনমক বৃটিশনা থনবা লম অমদা বৃটিশগী পেনসন কংহুনা মহারাজসি পুন্সি চুপ্না লৈগদবনি তাকপিখি।

অসুম্না ভারত সরকারনা তাখিবা রায়সি, অসাম চিফ কমিসনারনা মনিপুরদা লাক্লগা লাউথোকত্রিবা মথৈদি, অরোনবা অথুপ্পা ওইনা থমখিসি হায়নখি।

অসাম চিফ কমিসনারদা, মনিপুরদা চৎপদা মণিক চাবা লাগ্নীনচিংবা পুবগা চংখো হায়না খঙহনখি।

তাং ২১ । ২ । ১৮৯১ ইং দা অসাম চিফ কমিসনার মিঃ কুইন্টন, ভারত সরকারগী রায় অসি হায়দোক্নবা কলিকতাদগী লাকখি ।

তাং ৯ । ৩ । ১৮৯১ ইংদা গুর্খা সিফাই ৪০০ গা, কর্নেল স্কীনগী মথাদা পুন্না সিভিলিয়ান খরগা লোয়ননা কোহিমা লম্বীরোমদা ম'নিপুর য়োনবা মিঃ কুইন্টন গোলাঘাট থাদোকখি । মতমতুদা অতোপ্পা গুর্খা লাশ্মী ২০০ অমসু কাছারদগী মনিপুরদা থারক্নবা কুইন্টন্না হায়খি ।

তাং ২০ । ৩ । ১৮৯১ ইং ইরাই মুমিংতা মনাও ইবুঙো অঙৌসনা সেনাপতি সিপাই ৫০ গা লোয়ননা শেকমাই তাম্না কুইন্টন সাহেব ওকপা পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউংকা লোয়ননা চংলুই ।

তাং ২১ । ৩ । ১৮৯১ ইং থাংজা মুমিত্তা, ১১ নি পানবা একাদশী মুমিত্তা কুইন্টন ওকপা সেকমাই ফাওবা চংলুবদা, পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউংসু হান্না খঙলমদবা, চীংনরমবা মনিপুরদা করিগীদমক চিফ কমিসনার লাকলিবনো হায়বত্রু, সরকারগী রায় হায়দোকপা অদুগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফাবা লাকপনি হায়না কুইন্টন্না হায়বা অদুতদা গ্রীমউং পোলিটিকেল এজেনটসু খঙখি ।

## চিফ কমিসনার মিঃ কুইন্টন মনিপুরদা লাকপা

তাং ২২ । ৩ । ১৮৯১ ইং নোংমাইজিং ।

শঃ ১৮১৩ লমতা থা ১২ নি পানবা

মুমিংসিগী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা, চিফ কমিসনার Mr. Quinton মনিপুরগী রেসিডেন্সিদা সিফাই ৪০০ গা,

কুইন্টন্না মনিপুরদা লাকপগী মরম অমসুং মহাক্না লাকত্রি-ভৈদা যুবরাজগী মরুপ কলিকত্তাদগী অমনা যুবরাজদা তেলিগ্রাম তৌরকই, মরোল্লী:— মনিপুরদা থুনমক কৈজাউ অমা ফাগদৌরি।

## কুইন্টনগী থৌরাঙ

কুইনটন্না লাক্লগা চংথবক্লিবা থৌরম য়েংলগা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজদি হান্না চিংনরম্বা অহুগী মথক্তা মনাইশিংনা রেসি-ডেন্সীগী মফম'দা তৌবিবা থৌরাঙপুম্বা তম্বদা মাবু ফাবা লাক্লিবনি হায়বা খঙহুনা, অহুগা রেসিডেনসীগী কনাগুম্বা মালি অমনসু যুবরাজবু কোমদা তাহন্দুনা নমহুনা ফাগদৌরি হায়না ঈজিৎ তৌহুনা খঙহনখি।

তৌরিবা থৌরাংদি রেসিডেনসীগী মফুংদা কোম তৌরগা মথক্তা উপাক থাহুনা মহুগী মথক্তা ফরাংজি ফিদা পাকনা থারগা ফিদাহুগী মথক্তা চৌকি থাহুনা থমই। দরবারগী চঙলকপদা যুবরাজগী ফমফম চৌকিদা ফম্বা মতমদা যুবরাজনা ফম্বা চৌকিগী মপাগী উপাকতু মথাদা থৌরি পান্দুনা, থৌবিতু চিংবদা উপাক্তু ফাক্তোকহুনা চৌকিগা লোয়ননা টিকেন্দ্রজিৎপু কোমদা তাহল্লগা নমহুনা ফাগে হায়না থৌরাঙ তৌবনি।

অসুম্বা থৌরাংসি লোইরবদা, মৈতৈ নিংথৌ, যুবরাজ, সেনা-পতিনচিংথবু থোঙগান্দা পুং ১০ দগী থৌরাঙ লোইত্রিফাওবা পুং ১/২ হায়রবদি পুং ১২ ভাবা হেনবা ফাওবা কোনথোংদা লৈহন্দুনা ইকাইবা পীরবা মতুংদা মাগী থৌরাংহু লোইহুনা, মহারাজ লেঙশিনবিরক্লো হায়বা মতমদাদি, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎতি য়াওরমদ্রে। যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ য়াওরমদ্রবহুদা, কুইন্টন্না, হৌজিক

দরবার তৌররোই হয়েং তাং ২৩ | ৩ | ১৮৯১ ইং নিংথোকাবাগী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা দরবার তৌজরগে, মহারাজনা, অমসুং মনাও অতৈগা লোয়নননা লেঙবীরকউ হঙংখি।

যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎতি, মনাইসিংনা তম্বগা মালীনা হায়রকপদা মাবু ফাগদৌরিবনি হায়বা খল্লদুনা, মনাও অতৈসিনা সেনাপতিগা লোয়নননা সনা কোম্মুংদা হান্না লেঙশিনখি।

# টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ

তাং ২৩ | ৩ | ১৮৯১ ইং লমতা থাগী ১৩ নি পানবা নিংথৌকাবা কুমিৎ শঃ ১৮১২। তাং অসিদা দরবার তৌখি হায়বদু, টিকেন্দ্রজীৎ যুবরাজদি হকচাং ওমংবনা দরবার য়াওবা ওয়রোই টিকেন্দ্রজিৎ য়াওদ্রবদি মহারাজনা দরবার য়াওবা লাকপগী কান্নবা লৈত্তবনা, কুমিৎসিগী দরবারদা ঐ লাক্লরোই হায়না কুলচন্দ্র মহারাজনা কুইনটদা পাউ পীখি।

দরবার তৌরগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা তৌবা থৌ-রাংনা পাঙথোকপা ওমদ্রবদা, কুইনটন্না পোলিটিকেল এজেনট গ্রীমউৎ, মিঃ সিম্পসনগা লোয়নননা, সনা কোম্মুংদা, ভারত সরকারগী রায়দু হায়দোকপু হায়না, সুংখিল পুং ৪ তাবা মতমদা কুলচন্দ্র মহারাজদা হঙংখি।

পোলিটিকেল এজেনট গ্রীমউৎ অমসুং মিঃ সিম্পসন জনিনা রায় হায়দোকপগী পাউদু তাবদা কুলচন্দ্র মাবু ভারত সরকারনা মনিপুরগী নিংথৌনি হায়না য়াবা অদুগী তৌবীমল মহারাজনা এজেনটতা ফোংদোকখি। অদুগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু বন্দি ওইনা ইংরেজগী মখুত্তা পীথোকপগী রাকমদি, যুবরাজ নাবা

ফরগা, লৈবাক্কী অণ্ডম অথৌশিংগা তান্নরগা কোন্না মরোন খণ্ডহনগে হায়না এজেনটা খণ্ডহনখি।

মহারাজগী রাফমনা পেনবা ঙমদহনা, গ্রীমউংনা মহারাজগী মফমদা, যুবরাজ অমুক্তা উনজগে হঙ্গৎপদা, য়াহনা যুবরাজ উনবদা, যুবরাজনা মনিপুরগী রাংমদা, লৈবদা থোইনা য়ানিংদবা উংখিদে। অহুম ওইনমক হকচাং ঈবা ফরগা, ময়াম্বুং অমসুং লৈবাক্কী অণ্ডম অথৌশিংগা তান্নরগা, অরেপ্পা মরোন খণ্ডহন্নকে হায়না এজেন্টতা যুববাজনা হায়খি।

কুইন্টন্না হয়েং নোংঙাল্লগা ঐ চৎলগে, বেকারী থরা পীয়ো অতগা মনিপুবগী রাস লীলা য়েংগে হায়রকই। মুমীদাংদা রাস লীলা উংখি। নোংঙাল্লমদাইদা, কুইন্টন্না, মাগী থৌরাংনা যুবরাজবু ফানবা হোংনবদা শোয়রবদা, মুমিদাংহদা টিকেন্দ্রজীংকী ময়ুমদা লান্দাহনা ফাগে হায়না লেপ্লগা, মাগা লোয়নরকপা, মিলিটরী অফিসারশিং কৌবগা রা তান্নবদা, কর্নেল স্কীন, অমসুং অতৈ অফিসারশিংনা য়ানিংলমদে অহুম ওইনমক, কুইন্টন্না কেপ্তেন বুটচার, লেফটেনন্ট ব্রেকেনবুরী; লেফটেনন্ট লুগার্ডপু সিপাই ২০০ গা লোয়নন্না তাং ২৩ অসিগী নিংথৌকাবগী অহিং নোংয়ায় মতুংদা যুবরাজ সঙ্গাই তম্না লান্দাহনখি।

## মিঃ কুইণ্টন

তাং ২৪।৩।১৮৯১ ইং লৈবাকপোকপা লমতাগী ১৪ নি পানবা শঃ ১৮১৩।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা মুমিৎকী নোংঙাল্লমদাইদা যুবরাজগী শঙ্গাইদা লান্দাবহদা তাং ২৪ লৈপাকপোকপগী অয়ুক্তা, যুবরাজগী

সঙ্গাইদা ইংরেজ সিপাইনা থ্‌ুগায়দুনা চঙলকপদদি, য্‌ুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎতি লৈরমদ্রে, মন্তাং অসিদনি, ময়াম্না য্‌ুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ (কোয়রেং) পাইবা ঙমই হায়নৈ।

ইংরেজ সিপাইনা; বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দিরদগী সনা লুপা পোৎ চৈ অয়াম্বা খোমদুনা পুপ্রে। অদুদগী লানমীগী লুচিংবা কর্ণেল স্কীনগী হুকুম্না, ইংরেজ সিপাইনা কোন্নুংগী নোংপোক থংবদা লৈবা, উসম লৈকাই, য়ামবেম লৈকাই, সাইখোম লৈকাই মৈ থাখি, অদুগা লুচিংবা প্রজাস্মু হাংলমই। অদুদগী হন্নক্‌্না রেসিডেন্সীগী নোংচুপ্ত লৈবা হাওখুলগী য়ুম কয়ামরুমদু মৈ থাখি।

মতৌ অসিদা, লৈপাকপোকপা মুমিংকী অয়ুক্তা কোন্নুংদগী মশা কন্নবা নোংমৈ কাপদুনা ইংরেজ সিপাইসিং রানা থাঙখি। মসিদা লেফটেনন্ট ব্রেকেনবরিদি শিখি।

কোন্নুংদগী রেসিডেন্সীদা লৈবগী মথক্তা নোংমৈ কাপখিবদা, ইংরেজ লানমীগী খুৎলাই মরু লোইখিদুনা, মখোয় শীবা তারবদা, কুইন্টন্না লান লেপ্পলসি হায়না বেন্দ্‌ল মরোম্না থঙহল্লকখি।

মুমিংসিদা কুইন্টন্না, মহারাজদা, করম তৌরগা মহারাজনা ঐখোয়গী ইথক্তা নোংমৈ কাপ্পা তোকদগে, অদুগা টেলিগ্রাফ য়োংলি শমদুনা ভাইসরোইগা রা ঙাংন্নবা মতম পীগদগে হায়না চিঠিদা হায়রকই।

মহারাজ কুলচন্দ্রনা মানা পীরকইবা চিঠীগী পাউখুম ওইনা হায়খি, ঐহাক্কী নংগা থৎনবগী রাজম রাখল কৈতে অদুবু নংগী সিপাইনা ঐগী কোন্নুংদা লান্দারকপদা, মশা ঙাক্নবা ওইনা খুৎলাই শাগ্নখিবনি। নংনা লান হেক লেপ্পগা পীবা চিঠীনিনা নহাক লান তোকপা পাম্মে হায়না ঐনা লৌরে।

অতুনা নংগী সিপাইশিংনা খুংলাই থাদোক্লবদি, ঐহাক থ ুনমক তাইশিন্নবা ঙা ঙাংনবা য়াগনি হায়খি।

মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎকা হকপেংননা উনচুনা অকুপ্পা মবোল ঙাংননিংবদগী মহারাজগী অয়াবা চিঠীচু হেক ফংবগা, কুইণ্টন্না সাহেব ৪, বেঙ্গল-খোংদা নিপা অমগা লোয়ননা সনা কোন্নুং চঙলকখি।

মথক্তী তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১ ইং ১৪ নি পানবা নৈপাক-পোকপা মুমিংকী মুমিদাংবাইরমদা।

1. Mr. Quinton Chief Commissioner of Assam.
2. Mr. Grimud Grimwood) P.A. of Manipur.
3. Colonel Skinne. (Skene)
4 Leiutenent Sympson ( Simpson )
5. Comm. Assistant Secretary.
6. One bugler of Gurkha.

মখোয় ৬ অসি সনা কোন্নুংদা চঙলকখি। কুইণ্টন্না কোংমু চঙলকপসি, লান লেপখিবতা ওইবা মতমনিনা মখোয়বু ঙাকশেন্নবা, সনা কোন্নুংদগী য়াথং লৌরগা, নত্রগা, মখোয়বু ঙাকশেন্নবা মীওইগা লোয়ননা চংকম থোকপনি। অদু নত্তনা মখোয়না, করি তৌগদগে হায়না মওংদা রাখল তৌহৌদবা মী হাংনখিবগী ঈ শাগংনরিবৈঙেদা, খুংলাই য়াওদনা, উশিং থৌওইদবা মওংদা চঙলকপা অদু রাখল লৈতবনি।

অমুম্না চঙলকলিবা বৃটিশ অফিসারশিংগা মৈতৈ নিংথৌ অওম্বশিংগা মতম কুইনা রারী শানবুবদমু নাকল অনিসি তাই-শীন্নবা য়ানখিদে।

তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১, ১৪ নি পানবা যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎমা কুইনটন্দা হায়খি, ইংরেজ সিপাইশিংগী খুংলাই পুম্বা মনিপুর

সরকারদা শীন্নহুনা থমল্লগা, খুৎলাই থারগা রা ঙাংনগনি মরমদি নংনা লাল তৌরবোই হায়রা নচিন্তনা হায়বা থাজদে, নহাক্না হয়েং নোংঙাল্লগা চৎকনি হ,ন্নরগা অহিংদা লাল হৌরকতুনা মরাল লৈতবা মুপী অঙাং প্রজা, লানমী, ময়ুম মকৈ মৈ থাক্তনা হাংলি। মতুদা মৈতৈনা মশা কন্নবগীদমক খুৎলাই পান্নবনি। মনিপুবনা ইংরেজনগা লান তৌননিংদে। অতুনা নহাকী সিপাইগী খুৎলাই, মনিপুব সরকাবদা শিন্নহুনা থমজ্রবদি, নচিন্দনা হাযবদি ঐখোযনা নংবু অমুক হন্না থাজবা ঙমদে।

মতুংা কুইনটন্না হায়, ইংরেজ সিপাইগী খুংলাইদি, ইংরেজ বানীগী মপোৎ ওইগনিনা, রানীগী মরা তাদনদি, ঐখোয়না খুৎলাই পীথোকপা ঙমদে হায়ববরবদা, তাইশিন্নবা য়ানদ্রে, রাং ঙাংনবা য়ানদ্রে

## সনা মমাঙদা অঙৌবা মকোক ৫ তোবা

মতৌ অসুন্না মৈতৈগা ইংরেজগা তাইশিন্নবা রাদ্রবদা টিকেন্দ্রজীৎনা মনাও অঙৌ সেনাপতিদা ইংরেজশিংবু তেক্ত-কায়দনা হনখি-বা কোনুংদগী মথোঙ ফাওবা থিনদোকপিক্রনবা তাকপিখি।

তাং ২৪।৩।১৮৯১, ১৪ নি পানবা লৈবাকপোকপা

অসুন্না সাহেবশিংনা কোনুংদগী মপান্নোমদা থোরকপদা, হৌখিবা অহিংদা, ময়ুম, মকৈ মৈ থাবীখিবা মচিন-মনাও, মচামত হাৎখিবা য়াওবা প্রজাশিংনা, তাইশিন্নবা মরোন ভাগদবগী ঙাইহুনা লৈরম্বশিংনা, তাইশিন্নবা য়ানদ্রে হায়বা পাউ তাবদা থঙহৌদনা সাহেবশিংগী মথক্তা ফুজিন্নকতুনা, হাংলো হায়না জাউন্নকই,।

অহানবা খুংমাবা ওইবা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেনট মিঃ গ্রীমউং পুথ্রম্বা ফিভাংনা (কাজাউ) তানা থিন্দুনা খুদক্তা শিখি।

লেফটনেনট সিম্পসনস্সু, প্রজা অমনা থাঙনা য়াল্লকপদা মকোক্তা পান্দুনা শাথিনা শোকতুনা লৈবাক্তা তুখি।

লেমনৌবা সাহেবশিং মক্কম খণ্ডনা কোয়চেন চেন্নরিভেদা যাত্রশিং ফৌরুংবনা দরবারগী থোঙ কাওথোকতুনা, সাহেবসিংগী মথরাই কনবিখি।

তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১, ১৪ নি পানবা শঃ ১৮১৩ লৈবাক-পোকপা সাহেবসিংনা লাউ খোংবা তাবদা সঙ্গাই তানা চংলম্বা যুবরাজস্সু হল্লকতুনা সাহেবশিংবু কনবীনবা দরবার হোলগী অকোয়বদা সিপাই সম্রিনচিংবা থম্বিখি।

মতমতুদা, থাঙ্গাল জেনেরেলস্সু সাহেবশিংগী লাউ খোংবা তাহুনা মক্কমতুদা লাকখি।

যুবরাজ অমসুং কাংডবা থাঙ্গাল জেনেরেল অনিনা, লেম-হৌরিবা সাহেব অহুগী মরমদা করি মরম তৌগদগে খন্নরমই।

থাঙ্গাল জেনেরেল :—

মনিং মথা তমজবা, মনিপুর লৈবাক প্রজাগী মথক্তা লান-হৌবা, মরান লৈতবা প্রজাশিংবু হাৎপা অমদি ইংনা লৈজবা প্রজাশিংগী মমুম-মকৈ মৈ থাদোকপা অসিগীদমক সাহেবশিংসি মরান লৈরবনি, মথোয়বু হাৎকম থোক্রবনি হায়।

তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১ যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ—ইপুগী রা অচুম্বনি, অহুবু লৈবাকী লিংথৌ অমদি অঙম অথৌ য়াওনা তিনবা দরবার অমা তৌরগা, সাহেবশিংগী মতীক চাবা দণ্ডি পীবা অসি যুবরাজনা থাঙ্গাল জেনেরেলদা হায়রমই।

# টিকেন্দ্রজীৎ অমসুং খাঙ্গাল

তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১ - মগু মপু অসুম ঙাংনবদা যুবরাজদু হৌখীবা নুমিৎ ছমনিদা, একাদশী চরা হেনবগা, দরবারগী চংলুবদা রেসিডেন্সীগী পোনথোংদা। নুংশা ফোংগা, অমদি যুবরাজ সঙ্গাইদা, সাহেবশিংনা অহিংদা লান্দারকপনী ঙাক শেন্নবা হোংংবা মথং মথং হোংনব। অমসুং সাহেবশিংগা তাইশিন্নবা হোৎনবদা রাখল তৌনবদা, হকচাং খরা চোকথদুনা, যুবরাজসু ঙাইহাক ঙাইহাক জ্ঞান তাদবা ভুমনিং তুমনিং তৌরমই।

যুবরাজগী মতৌ অসীদা, খাঙ্গাল জেনেরেলনা, হায়খি, যুবরাজ সাহেব ! সা মমাঙদা তেলঙ্গা মকোক ৫ তাগনী, মদুদা মেতৈগী য়াইফবা ওইগনি হায়বা পুরানগী রা লৈ। অদুনা সাহেব ৫ হাংকদবনি হায়খি।

মতাং মতম অদুগী যুবরাজসু জ্ঞান কয়া তাদবা মরমদগী ফবে ইপু. ইপুনা থাবপা তৌও হায়না হায়বমংগা যুবরাজ চেপখিবই।

তাং ২৫ | ৩ | ১৮৯১ ইং নৈপাকপোকপা শঃ ১৮১৩ গী ১৪ নি পানবা চমক্রা থাগী অহিংদা সাহেব ৫ হাংখি। মতাংদুদা মীহাংপগী মকোক পুথরম্বা ফিঙা শু রা ঙাংনবদু তাখি। অদুনা খাঙ্গালনা ফিঙাংদা, তারেদনা নহাক যুবরাজগী সনা য়াথংনি, ইপুনা থোকপা তৌও হায়রমলবনি, অদুনা সাহেব ৫ সি হাংলো হায়না তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১ ইং নৈপাকপোকপা নুমিত্তা ইংরেজ অফিসার সাহেব ৫ অঙাং ওনহনখি।

অহিং অদুদা, লেফটেনট গোর্দন; বোইল, গ্রীমউটকী মুপীনা নিপাগী ফিজেৎ শেত্তুনা, সিপাই ২০০ রোমগা লোয়নন৷ নোংচুপ তোংজৈ মরিন লম্বিরোমদা চেনখি।

ম্যাহের অমগা সিপাই ৫০ য়োমগা বর্ম্মারোমদা চেনখি। খরনা অরাংলোমদা কহিমারোমদা চেনখি।

সাহেব ৫ শিবনী পাউশি ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলগী জমাদ্দার বীরবল নগরকাতিনা সিপাই ৩০ গা লোয়ননা বর্ম্মারোড তুমুরোম চেনখিহুনা, ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী লেপ্টেনন্ট জিঃ জেঃ ডবলিউ গ্রান্ট সাহেবতা তাকখি।

তাং ২৫।৩।১৮৯১ মুমশকৈশ শঃ ১৮১৩ গী লমতা থাগী ১৫ নি পানবা তাং অসিদা কোমুংগী পণ্ডিতনা হায়হুনা সাহেবশিংগী লালুদি (মকোক্তি) শুজোইবা দা চল্লে। মশামা থাইরমন্দা কমুএ।

লৈবাক মীয়াম হৌরকহুনা, কোমথৌজম ইংখোজা লৈবা সাহেবকী বাঙ্গালাসু মৈ থাদোকএ। লৈরম্মা সিফাইসু কায়হুনা চেনখি।

## লান তানবা চৎপা

নোংচুপলোমদা লৈবা মেজোরনচিংবা সিপাই ১০০ য়োমনা লান তানবা চৎলে। বর্ম্মারোমদা য়েংথোইবা মেজোরনা সিপাই ১০০ পুহুনা লান তানবা চৎলে। অরাংলোমদা লাইগ্রম জমুবাম মেজোরনা সিপাই ১০০ পুহুনা লান তানবা চৎলে। থুরক্তা সিপাই ৫০ মরুমদি কাহুনা কাদোক্তা পিশীনখি।

তাং ২৬।৩।১৮৯১ শগোলসেন লমতাগী ১৯ নি পাবা মনাও ইবুংঙো মজৌ সেনাপতি অমসুং থাঙাল মেজোরনচিংবা সিপাই ১০০ মা লান তানবা বিষ্ণুপুরদা থংলৈ।

তাং ২৮। ৩। ১৮৯১ লমতাগী ১৮ নি পানবা থাংজ। য়োয়াংতেক য়েনা চৎলগা অমাংলোংদা চলকই।

তাং ২৮। ৩। ১৮৯১ থাংজ শঃ ১৮১৩ লমতা ১৮ নি পানবা থাংজ মুমিং। তুমুদগী গ্রানট সাহেবনা ভারত সরকারদা, মনিপুরদা থোকখিবা সাহেব ৫ হাংখিবগী পাউ ফংবগা মতু টেলিগ্রাম তৌবমগা, মাগা নাগরপতি গুর্খাগা লোয়নন', মদ্রাজ সিপাই ২০০ বোমগা মনিপুরদ লাক্‌লনা, অথোকপমদা খুলমী থাহনা প্রজা তানথোকলগা কোম তৌহনা লান তারকখি।

তাং ৩১। ৩। ১৮৯১ নৈপাকপোকপা শঃ ১৮১৩ লমতাগী ২১ নি পানবা। War Declared against Manipur by the India Government

তাং ৫। ৪। ১৮৯১ নোংমাইজিং শ. ১৮১২ লমতাগী ২৬ নি পানবা। অথোকপমগী গ্রান্ট সাহেবকী লানফমদা, য়াইস্কুল লাকপা হাওজৌসনা মচানিপা নাবালক ১ গা, সিপাই ১০০ গা লান লাকই।

অথোকপমগী কোমদা ইংরেজ লানমীগা, স্নাথ্‌গা মৈতৈ সিপাই ৩০ গা হুকথেংনবা কোমগী লানফমদা বৃটিশ লানমী ২০০ রোমগা শিমিয়ৈ। বৃটিশকী লানমী অয়াম্বা হাৎলমলবদা, লেমহৌবা লানমীনা গ্রাট সাহেবকী অশিবা মশাহু পুহনা তুম্মুরোমদা হন্না চেনখি। মৈতৈ লানমীনা তান্নবদা মেজোর লেসলি, কোকলনা গুর্খা সিপাই ৪০০ গা মাউনতেন গন ২ গা পুহনা গ্রানটকী মতেং পাংবা তুমুদগী লাকপগা থেংনহনা বৃটিশ লানমী লেসলীনচিংবা মাইল ২৭ (কি: ৪৫) দা পলেনদা তেজোল শাহনা লৈখি। মৈতৈ লানমীসু পলেন্দা থত্তুনা লৈখি।

# 1st Army Group

তাং ১৭ । ৪ । ১৮৯১ শঃ ১৮১৩ ইরাই শজিবু ৯ নি পান্না ইরাই হুমিশুগী ভারত সরকারনা মনিপুরগী মাইকৈ ৩ দা লানমী তেংজোল ৩ থারকপা হৌখিছুনা লান্দাবা হৌখি।

তাং ২০ । ৪ । ১৮৯১ নিংথৌকাবা শঃ ১৮১৩ শজিবু ১২ নি পানবা—১ বা লানমী তেংজোন্দি—কাছাররোমদগী তোংজৈ মরিন লম্বেন্দা লাকপা—

(1) 8th Bengal mountian Battery with 2 Seven pounder Guns.

(2) Calcutta Volunteer Rifls Corps Pioneer Co.

(3) 3rd. Regiment of Bengal Infantry.

(4) 13th Regiment of Bengal Infentry.

(5) 1st Battalian of Gurkha Regiment.

With Leiutenant Colonel Rennick Leader.

১ বা তোংজৈ মরিনরোমদা লাকপা ইংরেজ লানমীদি—

(১) ৮ শুবা বেঙ্গল মাউণ্টেন বেটারী সেভেন পাউন্দার গন ২ গা লোয়নবা,

(২) কলিকাতা ভোলুনতিয়ার রাইফল কোর্প্স পাইওনিয়ার কোঃ।

(৩) ৩ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্ট্রিগী রেজিমেণ্ট।

(৪) ১৩ শুবা বেঙ্গল ইনফেনট্রিগী রেজিমেণ্ট।

(৫) অহানবা (১বা) গুর্খা রেজিমেণ্টকী বেটালিয়ন সিপাই।

১বা তেংজোনসি লেফটেনন্ট কর্নেল রেনিকনা লুচিংহুনা লাকখি।

১বা তোংজৈ মরিন্দা লাকপা তেংজোনসি—মৈতৈ লানমী ১০০০ গা লোয়ননা স্নাখ্বা কালাসনা সগোন হজবনা লুচিং—

তুনা ভানবাসনা লৌরুংপুরেন, য়েংথোইবা পোইলা, লোংজামবা পোইলা পুত্থনা লাইমতোন চীংথক্তা থিংখি।

নোংচুপ তোংজে মরিনগী লানফমদা ব্রিটিসকী তেঙ্গোন্দা লোয়নরকপা থাংজম খুগেন্দ্র, খুম্বনথেম পাথর অমসুং মনিপুরগী নোংচুপকী চীংমীন অথুপ্পা লম্বী তাকতুনা, অথোয়না লুচিংদুনা লাইমতোন চীংথক্তা লৈবা মৈতৈ তেঙ্গোমবু মায়কৈ ৪/৫ দগী কোয়শিল্লুনা ব্রিটিস তেঙ্গোনগী লানমী অয়াম্বগা তুম্না শিমীয়খি। মৈতৈ তেঙ্গোন লুচিংবনা অনৌবা সিপাই থাবীরকউ চায়কবদা পলেনগোমদগী লাম্না কনবা মরম্না সিপাই, খুংলাই খানবা ওমদবনা তোংজে মরিনগী মৈতৈ তেঙ্গোন কায়খি।

## 2nd Army Group

তাং ২০।৪।১৮৯১ ইং নিংথৌকাবা শঃ ১৮১৩ শজিবু ১২ নি পানবা নিংথৌকাবা, ২ সুবা কহিমারোমদা লাকপা তেঙ্গোন্নি ঃ—

(1) 8th Bengal mountain Battary with 4 Seven Pounder guns.
(2) 13th Regiment of Bengal Infantry.
(3) 36th. Regiment of Bengal Infantry.
(4) Wiih Brigadier General Callel. C.B. leader. Who was the overall commander of Manipr War.

২ সুবা কহিমারোমদা লাকপা লানমীদি, মনিপুর লাল অসিগী লুচিংবা overall কমান্দর ওইনা হাপ্পা ব্রিগেদিয়ার জেনেরেল কোলেটনা, মাংগা লোয়নননা—

(১) 8th বেঙ্গল মাউনতেন বেটারি with 4 seven pounder Guns.

(২) 13th রেজিমেনট বেঙ্গল ইনফেনত্রি।

(৩) 36th রেজিমেনট বেঙ্গল ইনফেনত্রি।

২শুবা কোহিমারোমদা লাকপা তোঙ্গোন্দি স্নাংখ্বা থুরাইলাকপা ভাওজৌ সনামা, লানমী ১০০০ পুন্থুনা চংশদা, কংলাতোংবীদা বৃটিশ তেঙ্গোল্পা থেংনম্বুনা লালথেংনবদা, মৈতৈনা ভমথুনা বৃটিশ তেঙ্গোলবু কোহিমা য়োনা মাইল ৮০ ( কিঃ মিঃ ১২৮ ) য়োনা তাম্বোকতুনা, কোহিমাদা থিংদুনা থমই, বৃটিশ লানমী মনিপুর য়োনা লালচত্তবা ভমখিদে। কোহিমাদা পন্দুনা লৈ।

স্নাথ্ৰাগী তুংইনবশিংদি লাইশ্রবা জমভুবান, মেজোর গাইব্যা, তাম্রসিং সুবেদার, হৈগ্রু জাম্বা পোইলা অসিনচিংবা লানথোংশিংনি।

## ৩ শুবা তেঙ্গোন্দি চুমুরোমদগী লাকই।

তাং ২০। ৪। ১৮৯১ নিংথৌকাবা শঃ ১৮১৩ শজিবু ১২ নি শানবা জুনিং। ৩ সুবা বৃটিশ তেঙ্গোন্দি বর্ম রোমদগী চুমুরোমদা লাকই। জেনেরেল টিঃ গ্রাহাম সি, বি, না লুচিংবনি। মাগী লোইনরকপদি :—

(1) 2nd Mountain Battary Royal Artillery with 4 Seven Pounder Guns.

(2) 2nd Battalion Fordshio Relight Infantry.

(3) 4th Battalion Kings Royal Rifle Corps.

(4) 2nd Battalion of 4th Gurkha Regimant.

(5) 12th Regimant of the Madras Infantry with General T. Graham C. B. Leader

৩শুবা বৃটিশ তেঙ্গোন্দি, বর্মারোমদগী তুমুরোমদা মনিপুর তান্না থারকখি। মখোয়গী লুচিংবদি, জেনেরেল ক্লি. গ্রাহামনা ওইরকই—তেঙ্গোন্দি :—

১। ২শুবা মাউনটেন বেটারী রোয়ল আর্তিলেরী সেভেন পাউন্দর গন ৪ গা লৌয়িনানা।

২। ২শুবা রিসাইট ফোদ'শিও ইনফেনত্রি বেটালিয়ান।

৩। ৪শুবা বেটালিয়ান কিংস রোয়াল রাইফল কোরপস।

৪। ২শুবা গুর্খা রেজিমেন্ট বেতালিয়ান।

৫। ১২শুবা রেজিমেনট মাদ্রাজ ইনফেনত্রি।

৩শুবা তুমুরোমদগী লাকপা বৃটিশ তেঙ্গোন্দি গ্রাহামকী লান ডাকখিবা য়েংখোইবা মেজোরনা মৈতৈ লানমী ৭০০ কা লোয়িননা পলেনদা ডাকখি।

য়েংখোইবা মেজোরনা পলেনদা থাংবা য়াদ্রদুনা হন্দোক্তুনা খোংজোমদা তেঙ্গোন শাদুনা থাওখি। সনা কোম্বুংদগী অনৌবা লানমী থাদরকউ হায়জবদা বরাচাউবগী লান্দা য়াওরবা চোংথা মিয়া মেজোরবু ফম হাপ্তুনা সিপাই ৬০০ কা লোয়িননা খোংজোম তান্না থাখি।

অদুম ওইনমক, বৃটিশ লানমীনা অনৌ অনৌবা খোমজিল্লকপগা মৈতৈ লানমী থাওবা রাদুনা, অনৌবা লানমী থাবীরকনবা হায়রকখি। অদুম খোংজোমদা মৈতৈ লানমীনা রান্দা থাওবা পাউ তাবনা, রাংথৈ মৈরাবা, মেজোর ফম হাপ্তুনা সিপাই ৭০০ কা লোয়িননা থাখি।

খোংজোমদা লৈবা মৈতৈ তেজোনবু উহল্লনা, নাথৈদুনা লাংওথেন চীংগী নোংপোক থংবদা বৃটিশ সিপাই ১০০০ রোমনা সনা কোম্বুং তান্না লাকখি।

# বংখৈ মৈরাবা মেজোর

সনা কোম্বুং অম্না হাইগংলক্লপা বৃটিশ লাম্মীগা, মৈরাবগী তেঙ্গোলগা রাংজিংদা থেন্নখি। হকথেংনবা লানফমদা মৈরাবগী মমাঙদা থাঙবা ঙমত্রবা বৃটিশ লাণ্মীগা মৈরাবা মশামক, সিপাই থরগা শিমিন্নখি। বৃটিশ লানমীশিং কায়হনা হন্দোকখি। মৈরাবগী লানমীনা থোংজোম তাননা চঙখি।

রাংখৈ মৈরাবা লৈত্তবগী পাউ তাবদা, কোম্বুংদগী কুলচন্দ্র, যুবরাজ কোয়রেং টীকেন্দ্রজীৎনা বরাগওবগী অরাফম তাহনা লৈরম্বা পাউ। ব্রজাবাসিবু কৌহনা, মহরাজ, যুবরাজনা ওজামক লৈনা মৈতৈ লৈবাকপু করম্না বৃটিশকী তেঙ্গোলবু চঙহন্নগদগে?
সেনাপতি ফংবদা মতীক চারবা, বিজয় বাল কৌবা ফিরাল কোক্তা থেংপিহনা, মেজোর জেনেরেল ফম লৌবিরো, নিংথৌ ফি ফুরিং সাইজোনবা, সনা খুজি, তান খামেনচৎপা শেং, লমথাং খুলং য়েৎপিরো অকা-অকুম মলাই তোংবিরো, হয়েং থোংজোমগী লানফমদা জয় ওইবিরু।

তাং ১৯।৪।১৮৯১ শঃ ১৮১৩ শজিবু ১১ নি পানবা নোংমাইজিং চুম্মিং পাউনা ব্রজবাসীবু নিংথৌনা মনাফি স্নুনা পীহনা ফমগা লোয়নননা পীরবদা পাউনা ব্রজবাসী মেজোর জেনেরেল নিংথৌগী মনাফি স্নুনা শংচিল্লগা শ্রীগোবিন্দ অমস্তুং নিংথৌবু খুরুমলগা দোলাই তোংহনা, ময়ুমদা লাকপদা, কৈথেল লাইরেম্বী খুরুম্বদা, থাঙখোক অহনা থজীন্দা কল্লা খিল্লি।

খুঁদম ফত্তবহুদা, পাউনা মেজোর খা চীকতুনা, অরাবম্বি, হন্দক্কী লালসি মায় পার্কলোইদৌরিবোইনা, অস্তুম মওল মওল থন্দুনা মুম মৌরক্লে।

স্থুনিং তারক্লবদা কৈথেল কাবী ইমা ইবেনশিংনা কুমথ-ক্রুপনা রারী শানরকই। হন্দকী সাহেপকী লালসিবু মনিপুরসি কায়গদৌরিব্রা, লালগী পাউসি অমত্তা অক্ষব হায়নদে। ঐয়োয়বু অদোমদ চেনশিগবা। অস্তুম হায়নবসিদা, স্থুপী অমনা হায়, ইস্তাগা ঐনা ঙসি পাউ অমা তারকই, ঙসি কুলচন্দ্র নিংথৌ চিন মনাওনা পাউনা ব্রজবাসিবু জনের্ল কম পীদুনা নিংথৌগী মনা স্থুনা পীদুনা, খোংজোমগী লাল চংকনি হায়না তারকই। ব্রজবাসীনা লাল চংলকপদি শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি থোইনা নিংশিন্ন হায়রকই

## পাউনা ব্রজবাসি

কৈথেল কাবীনা ঙাংনবা রাশিং তাবদা পোচা সনাগী সিজঝিলনখোম্বীনা ময়ু দা নাইরগা, মচা ইবুচো চৌংলেন সনা কৌশিন্দুনা হায, ইবুঙো! নংগী ওজা ব্রজবাসিবু নিংথৌনা কৌ-থংদুনা জনের্ল কম হাপতুনা, হয়ে লান চংকনি হায়দা তারে। রাসি নাবদা, চৌংলেন স্নাহু ব্রজবাসিগী যুমদা লাকতুনা, ওজা থুরুম্লগা থুং লোম্নহুনা, ওজাবু হযেং লান চংকনি হায়না তাজে, অওইববা হায়না হংঙ্গ চৈ।

পাউনা—অচুম্বনি সনা ইবুঙো।

চৌংলেন—অহু ওইরবদি ঐখোয় ওজাগী থোগন ইনজগে।

পাউনা ইবুঙো! হন্দকী লানসি মায় পাকনি হায়বা উদে, য়ুমদা লৈহুনা ইমাগী সেবা তৌনবা লৈহৌ।

চৌংলেন—ওজাবু হন্দকী লানসি য়ুমদা লৈবা মত্তিক চারোই-দমাক্লে, ওজাগী তুংইন্দুনা লেপ্পা লান চঙজরগনি।

(চীংলেন সনা হায়বসি, লাবন্যচন্দ্র মহারাজনা পোকপা মচা শিংহজীৎ সনাগী মচানি )।

পাউনা —হন্না হন্না খাম্ববু চীংলেন সনানা ময়াখিদ্রবতুদা, চীংলেনসনাগী অরেপ্পন্তুদা পাউনাস্নু পেল্লতুনা, কোন-বীরগা, খুংলাই তম্বীবদা ওজানা সেবক্তা বিদা লোই-না তম্বীবা হৌনদবগী খবা রাৎপদু, অথুপ্পা মরোন্দু লৌজরো, হৌগৎলো হায়তুনা চীংলেনসনাবু থাও পায়যু হায়তুনা পায়হল্লগা অথুপ্পা মরোল পুম্বা তেংনা তাকপীখি, অতুগা, ইংঙো লান্দি চংকম্নু হায়না হায়খি।

তাং ২০। ৪। ১৮৯১ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎ শঃ ১৮১৩ শজিবু থা ১, নি পানবা। পাউনা ব্রজবাসি, শ্রীকৃষ্ণদা কংলবা মহাপ্রসাদি ফংলে। নিংথৌগী মনাদি খামেন চংপা ফৈজোম শেংলে, নিংথৌফি বেসম ফুরিং সাইজোনবা লিংশীল্লে। লানফি মুগাগী খাওন ওন্না য়েংলে। ওই, য়েত্তা থাও; চুঙ্গোই য়ান-শিল্লে। হরিনাম য়েক্‌শা নাবাবলি কোয়েং-য়েংশিল্লে। বিজয় বানা ফীরান কোকথক্কা থেংচিল্লে। লৈবাক নিংথৌগী মনা সুনা শেংলগা কমফমদা ফম্রে।

# পাউনা ব্রজবাসী মেজোর জেনেরেল

তাং ২০। ৪। ১৮৯১ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎ শঃ ১৮১৩ শজিবু থা ১২ নি পানবা। পাউনা ব্রজবাসিলো, ফমফমদা ফরাংজি ফিদাদা ফমতুনা শ্রীগুরুগী মুক্তি ধ্যান তৌরকই। শ্রীরাধা গোবিন্দ নীংশীংলগা, মেন যাত্রা ভৌনা য়েংবদা মৈরম পাংবদা

মৃত্যু লৈবত্থু উরে। অহুম্নক হন্না হন্না য়েংবদা অহুম্মক মৃত্যু লৈবত্থু উরে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা পাউনা ব্রজবাসী পুক্কিং তপ-থনা, লাল্মা শিয়ু তমগ্রবনি, করি চিনত্তা ভৌফম থোকপা হে পুক্কিং, অসি হায়না জয়ধবনি লাউরগা, স্বর য়েংদুনা জয় কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা য়ুমদগী যাত্রা তৌরকখি।

মী ৪ না পুবা দোলাই তোংদুনা, পাউনা জেনেরেল সনা কোম্নুং হুম্না কারকখি। নিংথৌ থুরুম্লগা, য়ুমদগী পুরকপা পুজাগী পোৎলম মফম চানা থম্লে। বর্তি ১০৮, তুলশী পত্র ১০৮. দক্ষিনাগা লোয়ননা, শ্রীগোবিন্দদা কৎপদা বর্তিত্থু, অহনবদদি ফজনা চাক্লগা মমৈদা মুংখি। শ্রীগোবিন্দগী বদন দর্শন তৌরকপদা, বদনত্থু ইমক মকশিন্না মনাইদা উহনখি।

শ্রীগোবিন্দ দণ্ডবৎ তৌনা থুরুম্লগা, পাউনা ব্রজবাসী দোলাই অত্থু তোংদুনা তেঙ্গোল সিপাই ৭০০ কা হৈরাংখোংজা মেজোরগা লোইননা খোংজোম লান যাত্রা তৌখি।

পাউনা ব্রজবাসীনা লিলোং কৈথেল য়ৌরকপদা, মনাও ১। অঙাংমচা ২। থাবল অনিগা সেবক চৌংলেন সনা, চুঙ্গোয় সনানচিংবা ৩০ মরুমগা লৈরমই। ময়ামত্থু থাম্বা য়ারত্থুনা ব্রজবাসীগা লোয়ননা চংমিন্নখি।

থৌবাল য়ৌরকপদা, মৈতৈ তেঙ্গোল লৈবা ব্যস্থ মস্তুং চঙ-লকখি থৌবালদা, হাওবম অঙাহল মেজোর, লোংজাম্বা পোইলা, মায়পাক রাখৈ লাকপা চোংথা অয়াং পুরেল অসিন-চিংবা লৈরমত্থুনা, ব্রজবাসীনা হায়, ঐনা মাঙ থাদুনা চৎলগা ম্লেচ্ছগা লান থেংনগে, ঐখোইগী তেঙ্গোল খুৎলাই রাৎপনা. ঐবু মুংশিবীয়ু ঐঙোন্দা তোপ পীবিয়ু হায়জে।

লৈরমলিবা রাংথৈনা হায়, ঐঙোন্দা নিংথৌনা লানজিং থংউ হায়না তাক্লক্কে, মাঙ থংবনা তোপ পুবা হৌনদে, অসি

হায়না ময়াম্না তোপ পিখিদে।

পাউনা ব্রজবাসী তেঙ্গোলগা লোয়ননা লাকপদা, খোংজোমদা মাইল ২৪ (কি: ৪০ রোম) মৈতৈ লানমীনা রানা থাঙবগী লানবাউ তাবদা, ব্রজবাসীনা ৱাংজিং মাইল ১৮ (কি: মি: ২৮ রোম) য়ৌরকপদা কন্না শোক্রিবা খোংজোমগী লানফমদা লৈবা মৈতৈ তেঙ্গোল উহন্দনা, নাথৈদুনা, লাংঙথেল চীংগী নোংপোক থংবদা বৃটিশ লানমী লিশিং অমবোম সনা কোম্নুং তম্না হাইগংলকখি। ৱাংজিংদা মৈরাবা তেঙ্গোলগা থেংনদুনা হুকথেংনবা লানফমদা।

## ৱাংখৈ মৈরাবা মেজোর

ইংরেজ লানমী থাঙনা য়াদত্রবা লানমী অয়াম্বা শিম্মিন্নৈ, মৈরাবন্দু লানমী থরগা সনাতোন ধর্ম্ম ফংখি। ইংরেজ লানমী লেমহৌবনা লাংঙথেল তান্না চেনখি। মৈতৈ লানমী লেমহৌবনা খোংজোম তান্না চঙখি।

তাং ২০।৫ ১৮৯ ইং নিংথৌকাবা মুমিং শ: ১৮১৩ গী শজিবু ১২ নি পানবদা ৱাংখৈ মৈরাবা লৈতবগী পাউ তাবদা, ব্রজবাসীনা মৈরাবন্দু উবদা, অরাবা খোজেন্না হায়রমই মরূপ! মশাদা লমথাং থুম্নকনা কুপ্পগা, মরূপ হাংখিবগী লমন শিংলকখিগে, হায়না অশাউবগা লোয়ননা খোংজোম লানবন য়ৌখি।

মতম অতুদদি, বৃটিশ লানমীনা লাংঙথেল চীং খুমুদা চীংজেং ১দি মনাক্তা লৈবা চীংতুমশিংদা তোপ পুথংতুনা, খেবু চীং অমস্নুং লাংঙথেল চীংথক্তা লৈবা লৌবুক লমহাংদা শাদুনা লৈরিবা মৈতৈ তেঙ্গোলগী মথক্তা নোংমৈ, তোপ কাপথরকপা

অদুদা মৈতৈ তেঙ্গোলনা রানা খাঙদুনা লৈবদু উবদা, বৃজবাসীনা অনৌবা লাল্লোং হোংবা পামই।

খেবু চীংথক্তা তেঙ্গোল শাবা অমা নত্রগা খোংজোম থাদোক্না লৌসি পাংকী নোংচুপলোম কোইদুনা, তেনথা চীংলোমদা কোইনা চংলগা, বৃটিশ তেঙ্গোলবু, ককচিংলোমদগী ইংরেজ তেঙ্গোল থগায়বা অদুগ পল্লিংদা থোবালদা লৈহোবা রাংখৈরাকপগী তেঙ্গোলনা নাকোইদ, চীং লম্বীদা ওই-ওইননা লাক্লগা, ইংরেজ লানমীগী মথক্তা লানদাবা অসি বৃজবাসীনা তৌরোকই। চোংথা মিয়া, য়েংখোইবা অনিনা পাউনাগী লানওংসি য়াখিদে।

লুচিংবা অনিনা য়াদ্রবদা, পাউনানা হান্নগী লংনওং অদুদা কোম তৌবগা শোক্না হায়না, কোমদা লৈনা লান থেংনখি।

তাং ২২। ৪। ১৮৯১ যুমশকৈশা শঃ ১৮১৩ শজিবু ১৩ নি পানবা মুমিং-সনা কোম্নুং কংলাদা; লাইনিংথৌ পাখংবগী লাইমাঙ মপাদা নোংথক্তগী দোলাই, চোং ফিরাল য়াওনা তারকখি। মী পুম্নমক উহৌই লৈবক য়ৌরমদাই কম মরুমদা ভাইরবা মতমদা দোলাইদু মাঙখি,উখিদে।

তাং ২৩। ৪। ১৮৯১ শগোলশেন শঃ ১৮১৩ শজিবু থা ১৪ নি পানবা—অসোমদনা বৃটিশ শগোল তোংবা লানমী ১০০০ (অমরোমনা) খুমুদা চীংদগী লৌশি পাং য়ৌরগা তেকচম থুন ফাওদুনা তেকচম, তেনথ; লৌশি পাংকী নোংচুপ মথা চীংয়া কোইনা লাক্না খোংজোম লানবন কোয়শিলক্লে।

বৃটিশ লানমীনা পুমকোয় কোয়শিল্লকপা উবদা বৃজবাসীনা সনা কোম্নুংদগী শগোল তোংবা তোপ পোইলা কৈশাম তোম্বাবু বমদার অমত্তা পীরকউ হায়না নিবদা থল্লখিগে হান্নবা পীরক্কে। অনিরক হন্না নিবদা পীরক্কে। শগোল পাউনা অহুমলক

হন্না নিবদা, শামুদা বমদারগা, তোপকা পীরকতুনা, লাকপদা বৃটিশকী তেঙ্গোন্না লাংঙথেল চীংথক্কগী বম অমা কাপ্লকখি। মতু উবদা পাউনা মেজোর থাঙ পায়তুনা থাঙগী জগোই শারক্লে: ওই-য়েৎ বাক লৈতুনা, তুং-মাঙ চোংতুনা লৈতুনা মশাপুম্বা থাঙনা পুময়োম য়োমনা মশা উথিগ্রে থাঙ ওইনা উগ্রে। পাউনা ব্রজবাসীদো বোমনা নকশিন্নকপদা খুত্থপ ৯ রাংনা চোংথক্কুনা বম মৈ থোরী কক্কুনা লৈবাক্তা বোম থাদখি। বোম অতু পোকথায়হনখিদে।

মতু উবদা অকনবা পুন্নমকনা, সাধু সাধু! হায়না থাগৎনখি। য়েক্কবনা সলাম তৌখি। হায় হায় মনিপুর মচা থোইদোক্লা মহৈ হৈদা বোম মৈরীবু লায়না ককপ্রেদা, অসি হায়রম্লগা অমুক লাংঙথেল চীংথক্কগা বোম অনি কাপ্লকখি।

মতুদা ব্রজবাসীনা তেঙ্গোল লালমীশা। কোমদগী লেংগম্নু নমায় থাঙ্গংকম্নু, য়েংগম্নু বোম ২ লাক্লে, অমদি ঐনা ককনি। অমনা তেঙ্গোন্দা তাবা তারে।

মতু তাবদা চীংলেন সনানা ওজাবু বম অমা ঐ ককচগে হায়রকই। ব্রজবাসীনা হায় ইবুংঙো বম ককপা লুই, হায়বদা হায়রিভৈদা বব অতু মৈ চাকতুনা লাক্লে। পাউনা, চীংলেন অনিমক মীৎ কুপ্তুনা থাঙগী বাক তৌতুনা য়েংহুনা লৈরিভৈদা বম অমদি, হান্নগুম পাউনানা চোংথংত্তুনা ককপ্রে।

বম অতুনা চীংলেন সনানা চোংথৎপদা বমদগী থন্না হেন্না চোংথৎখিবনা বম থোরিনা য়েক্কুনা চীংলেন সনাবু পুতুনা শামরায় খুনজিন্দা তাহনা মৈ হৌতুনা পোকথায়খি। মতু উবদা, পাউনা ব্রজবাসী মাঙলে, মাঙলে, চেনাশনখিবদা, লম থন্না তাম্নবনি খঙয়ৌ য়ৌবদি ওমত্রগ, চোংশিন্দুনা বম থোরীদি ককপ্রে, চীংলেন্দি, বম পোকথায়বনা হান্দুনা সনাতন ধৰ্ম্ম কংখি।

বম থৌরী কক্লবসু, মৈ হৌতুন। লাকপা মরম্না বম লৈবাক্তা তাবদা পোকথায়তুনা তেঙ্গোংগী থর শোবখি কোঃদা লৈবা মীশিংদি হিংদে লৈ।

অসোমবনা বৃটিশ লাশ্মীন মনিপুরী লাশ্মীদি বম তুম্না শিববনি হায়না ইন্নদুনা, বেঙ্গল খোংতুনা, মৈতৈ তেঙ্গোল অমত্তা থম্মগনু তুম্না হাংলো হায়বদা বৃটিশ তেঙ্গোল লাশ্মী চেনশিল্লক্রে।

তেকচন তেনথাবোমদগী কোংথশিল্লবপা শগোলংতে ংবা বৃটিশ লাশ্মী যৌশিল্লকখি। বৃটিশ লাশ্মী মৈতৈ লেতে থনহুনা লানবস মন্নুংদা চঙলকখি।

বৃটিশ লাশ্মী চঙলকপা উবদা মৈতৈ লানমীনা কোংদগী কাখৎতুনা হকথেংননা যাম্লে। নোংমৈ কাক্পা নংনদে হায়সু য়াদে বৃটিশ লাশ্মীনা মাথক্কি পুম্বা কোয়শিনখিব মরম্না থাঙ্গা থাঙ্গা, তাগা তাগ. সঙ্গিনগা সঙ্গিনগা মী পুম্বা মহৈ মহৈ লানথেংনাখ্রে।

খোংজোমগী লমদম, ঈনা তুরেন ওইনা চেনখ্রে। মীশানা লৈখোম ওইংখ। লান্দা মায় ওম্নখিদ্রে। তেঙ্গোল অনিদো মায় ওম্নদনা শিরিখ্রে।

বৃটিশ তেঙ্গোল তুম্না শিববদা, মখোয়গী লানমীদি রাংপা লৈতবদগী অনৌ অনৌবা লানমী থোমজিল্লকখি। হান্নদগী অমুক হেন্না লাশ্মী থোমজিনখি।

অমুম্না হকথেংনবা লানফমদ মৈতৈ তেঙ্গোলদি, অনৌবা লাক্কবা, বম তোপ পুদুনা লাকপা শামু চঙবা য়াখিদবনা লানচিংবা চোংথা মিয়ানচিংবা লুটিংবা থরদি, লান্দা শিবা মীশানা মশা কুপশিল্লগা, খোংজোম তুরেল ঈশিং থিংগৎপছু থরা কাংলগা তুরেলদা তাউথখিদুনা, লোংচুপ পাংনা খোংজোম নিংথৌগী অহুরাইদা কাথক্লুনা, ঈকোপ পাংম্না লাকতুনা উচিরা লমদমলোমদা চেনহুনা হিংখি।

হকথেংনবা লানফমদা অশোকপা য়াওবা মী ১০০দি হিংহৌই।

হকথেংনবা লানফমদা মায় থন্দবা, হৈরাংখোংজা, মেজোর পাউনা ব্রজবাসী জেনেরেল, ব্রজবাসীগী মনাও লানথোৌবা অঙাংমচা, থাবল অনি, অসিনচিংবা মী ১০০ রাম হিংহৌন্দ্রু ব্রজবাসীনা নখোয় লান্দগী হল্লো, হায়না লাউরকই। মখোয় খরদি লানবন্দগী মপান থোকনা ব্রজবাসীনা থিন্দোকখি। সেংক ওইবা নিপা অমদা চুঙ্গাই পীদুনা ব্রজবাসীনা মাগী য়ুমদা য়ৌহনখি। ঐদি হল্লক্রোই নংনা য়ুমদা খঙহল্লু অসি হায়না, নেংমৈ পান্দনবা চঙদনবা মশক উদনবা মন্ত্র শোন্দুনা মরাইবক্তা বিদু নমবিরগা থাখি।

পাউনানা, হৈরাংখোংজা মেজোরগা মনাও অনি, থাবল অঙাং মচা মখোয় অহুমসু চেলহৌরো হায়রকপদা অহুম্না খুং লোল্লহনা হায়জরকই

অসিগুম্বা মতম অসিদা চেনবা হৌনদে, অদুম্বা য়াথংদু তাকপিরম্মু, ইমায় কৈরোই হায়জরকই।

লাইগী নোংদমদগী ৪ মক অদো, লানচঙ মায়গৈ তোঙান তোঙান্নথে।

হৈরাংখোংজা মেজোর, থাবল, অঙাংমচানা খেবু চীংলোমদা চঙথ্রে।

ব্রজবাসীনা শামরামরোমদা বৃটিশ তেঙ্গোল অচৌবা লৈবা অদোমদা চঙথ্রে।

বৃটিশ তেঙ্গোলনা পাউনাবু কোয়শিনখি। মহু উবদা পাউনানা দেবীগী মন্ত্র শোন্দুনা, ওইগী বাকনা, শগোল লাম্মীগী মঙক কক্লগা লৈহুনা য়েংকী হাইখরকপা বাকনা শগোল মঙক কককি।

অমসুম্না পাউনা ব্রজবাসীনা বৃটিশ তেঙ্গোল লাপ্পী চঙব চঙকপত্থ য়েৎত্তা চঙকপনা য়েৎকী বাকনা, ওইদা লৈবনা ওইগী বাকনা, য়েন্দেম থরাক শোইবগুম, রাহোংনা লিন উরগা মশা খপতুনা জগোই শাবগুম হাৎকৎলকপদা. খোংজোমগী লমদম ঈনা লৌখোং ওইনা চেনখি। মশা অশিবনা লৈখোম ওইরক্লে মন্নগী শক্তিনা, থাওহ্‌ই, থাওয়ান অমুক্ত য়েক্লবা ১০/২০ হাৎ লকপদা, শেক্লবা তেঙ্গোল অত্থ থাওবা য়াদত্থনা হন্দোক্লখি।

অমসুম্না য়ক্লবনা চেনখোকখ্রিঙৈদা ব্রজবাসীনা মখোয় অত্থবু য়েংলকপদা খেবু চৌংগী তময়াদা বৃটিশ তেঙ্গোলনা কোয় শিন্দুনা নোংমৈনা কাপশিনবত্থ উরে। অত্থমত্থ গুলি মরু পানে মথুত্তা থাঙ চুঙ্গোয় পায়ত্থনা, রাহোং জগোই শাবগুম, থাওগী চক্রবাক লৈত্থনা লৈ।

ব্রজবাসীনা অত্থমবু কনগে হাযত্থনা, চেশিল্লকই। ব্রজবাসী উবদা অত্থমদো, পাঙ্গল কনখৎলকখি। থাওগী বাকনা য়েক্লব কয়া হাৎলমই। লাইগী নোংদমনা, হৈরাং খোংজাগী মখোংদ পোৎরাম্না পন্দুনা তুখিবমই। মত্থদা বৃটিশ লাদমীনা কোয়শিন্দুন থাওনা, ছুরিনা, শঙ্গিন্না থিন্দুনা সনাতন ধর্ম্ম ফংহনখি।

ব্রজবাসীগী মনাও থাবলত্থ থুমুখ্রংনা তৌবগুম য়েক্লবা কয় হাৎলম্নগা. কোংকুৎ অমা লৈরম্বদা খংগৌদনা তুবদা, য়েক্লবন কোইশিন্দুনা থাওনা শঙ্গিন্না য়ানবা, থিনবদা সনাতন ধর্ম্ম ফংখি

অঙাংমচাম্সু য়েক্লববু থুমু খরংনা উচেক ময়াম্ভু তান্নবগু তামত্থনা হাৎলমমগা, ময়ামগী মথুত্তা মায় ওন্দনা সনাতন ধর্ম্ম ফংখি।

পাউনা ব্রজবাসীদো, মনাও অনি, সেবোক্তা কনবা ঙম হৌদবদা, য়েক্লবা তেঙ্গোল তানখায়রকখি। বৃটিশ লানমীন ঈকাইবদগী অমুক পাউনাবু পল্লোন কয়া থোক্লা কোয়শিন্দুন

ঠাকুরদাস নিংথেম পুরোহিৎতা লুপা ১০০০ (লিশিং) অমগা লোয়ননা সেবা চৎনবা থিনচিনখি।

মুমিৎ তাবা মতমদা, নিংথৌ কুলচন্দ্র, যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ অঙৌসনা সেনাপতিনচিংবা মী ২০০ রোম নোংপোকলোম পোরোমপাৎ শ দূন চশাৎ শাগথুন তাম্না চৎলে।

মোইরাং তোনজাউ কৌবা নিপা অমদা কবো নিপা অমগা হান্না লুপা ৩০০০ লিশিং অহুম) পীদুনা চীনা য়োনবা লম চিংনবা থাখিবসু লৈরমদ্রে। মুমিৎ তুমনি লৈরিউঙেদা থাখিবনি নিংথৌনা মমাংলৈদা চশাং লৈতেনা নিংথৌবু কাগ্ৰগা ফাতেক থম্বদা শিখিবগী মনোম্না মাগী প্রজানা মৈতৈবু কয়া মুঙাইখিদে। মনুগী হয়েং নোংঙাল্লবদি থুনোং কয়া চারোই হায়রবদা নিংথৌ নচিংবা চংলিবা মী পুম্বা অহিং অদুগা হল্লকই।

সনা কোম্মুংদা তোপ ২১, বম ২, নোংমৈ চেপ ২০, হিদাক উপু অয়াম্বা শঙ্গাই মন্নুংদা থনমই।

মৈ থৌরী শম্নদুনা, পুং ৫/৬ খুদিংদা নোংমৈ, বোম পোক-খায়বগুম তৌরমই। কোম্মুংদা লৈবা মুপী নগানচিংবা লোয়না চেনহনখি।

তাং ২৭ ৪। ১৮৯১ ইং নিংথৌকাবা শঃ ১৮১৩ শজিবু থা ১৮ নি পানশা মুমি চুমিং অনিশা নোংচুপ তেঙ্গোল লুচিংবা সাহেব মেজোর মেকস্থুয়েল, কংলা কোম্মুংগী নোংচুপ্পা লৈবা খাইরম্বন চেকথোং য়োরকপদা, কোম্মুং মন্নুংদা বম মৈনা চুদুনা শম্নরগা থনগৎশিদু ঙাইদুনা ঙাইহাক লৈরগা পোক-খায়রকই নদুদা মীদি অমত্তা লৈবা উদে।

মেজোর মেকস্থুয়েল সাহেবনা ফিরাল পায়রকপা বুলু কৌবা নিপা অমবু কোম্মুংদা চঙদুনা য়েংলু হায়না থাজিনখিবদা, বুলুনা কোম্মুং মন্নুংগা চঙদুনা য়েংবদা মীদি অমত্তা থেংনদে বম অদু

পোকথায়বগী মথোন্দু ওইরমদুনা থোরকলগা সাহেবতা হায়বদা, মেজোর মেকস্নুয়েল সাহেবনা কংলা কোম্নুং চংদুনা মৈতৈগী পাখঙবা য়েকপা নীংতম ফীরাল চিংখদুনা বৃটিশগী ফীরাল য়ুংখি।

## খোংজোম লমদমগী মৈহৌরোল।

মৈতিংঙো নোংদা লাইরেন পাখংবদগী মচা মশুং লাউদা, নিংথৌ ১০ সুবা মৈতিংঙো ঈরা থেংনথৌবা (কবিচন্দ্র) নিংথৌ (খৃঃ ৫৬৮—৬৫৮) নোঙ্গাববদা মচা।

২১ সুবা—মৈতিংঙো নাউথিংখোং (ঙাংমেম য়োইখুনজাউ) নীলবির কৌবনা নিংথৌ ওই (খৃঃ ৬৬৩ - ৭৬৩)।

মৈতিংঙো নাউথিংখোংনা মপাবুংগী উত্রেনাং হোংগে (শ্রাদ্ধ শোনগো) হায়দুনা লমালেন লান চোক্পি লৌচী পা টী থাং থাইলংমেদা হৌবা তলা পামেল অরোংববু মাল্লগা খোংজি নারেং লোন্দুনা থৌরী থাংলগা চবৈ থাগুননা নিংথৌগী উশিং লাউবনা লাউর লাউরাদুনা মীয়াম্না উহ্ চিংদুনা পুবক্পদা তলা পামেল অরোংবদুনা থেংদুনা উশিং লাউবগী মখোঙদা শোকখি। তলা পামেল অরোংবনা থেংদুনা মখোঙ শোকখি হায়বদগী মফমদু খোঙশোক হায়না কৌখি, মমৈদা পোইরৈতাদা খোংজোম হায়না কৌনখি।

খোংজোমঃ—খোংজোম হায়বা লমদমসি, কংলা কোম্নুংদগী মৈরম পাংবা নম্মা লম্বীদা মাইল ২৪ ( কিঃ মিঃ ৪০ ) রোম লাপনা লমদা লৈবা লমনি।

৪৯ শুবা—মৈতিংঙো গরিবনিৱাজ নিংথৌরেন হাক্কজা (খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮); খৃঃ ১৭২৩ শুবদা বর্ম্মাগা, ত্রিপুরাগা

লৌতুনহুনা মতম অমত্তদা মনিপুরদা লান্দারকখি। খা-নোংপোক্কী বর্ম্মানা লানচত্তবদা হানখিবনা, মনিপুর তম্পাক য়ৌরকতুনা লানলোই লৌচৈংথাং লমদম যৌরকখি। গম্ভীরসিংহ নিংথৌনা লানথোক শিল্লমই। খা-নোংচুপক্কী ত্রিপুরাগী তেঙ্গোন্না বাকোল্লাক্কী লমদম য়ৌবগা, থাঞ্জীং চৌথকত্তা তেঙ্গোল অমা ফাতুনা লান্দাবকখি। গম্ভীরসিংহনা অহানবদা বর্ম্মানা খুমাং চাওখিবনা ত্রিপুরাগী তেঙ্গোল ওাক্লবা শীল্লমলগা বর্ম্মাদা লানথেংনবা চংলি। গম্ভীরসিংহনা শগোল কানমীগা লোয়ননা লান চংবনা বর্ম্মা তেঙ্গোল চাইথায়দুনা বর্ম্মা থাওবা ডমদদুনা চেল্লে। তাল্লদুনা কেন্দ্রজী যুবরাজগা, মন্দ্রকেং সেনাপতিগা ফংরে। কেন্দ্রজী যুবরাজদি গম্ভীরসিংহগী মনেম শিজ চকপা মথাউভদ্বীনা পোকপনি। মযাম্বা বর্ম্মা নিংথৌনা চংলু হায়বগী লাকপনি মাবু কনবীয়ু হায়জরবদা; গম্ভীরসিংহনা মুংশিদুনা মাবু সেনাপতি অমসুং লান্দা ফাবা লানমী ময়াম্বু কনবীদুনা ম.থাবগী চান ববনবা, লোই পীদুনা মখোয় অমুক হন্না লাক্কনু হায়না অবা তেঙ্গোল থাদোকপিখি।

## অরা লান

কেন্দ্রজীৎ যুবরাজ অমসুং অরা সেনাপতি মন্দ্রকেংনচিংবা তেঙ্গোল লানমীশিংবু অরা নোংদোই নিংথৌনা হংবদা, মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীরসিংহনা মখোয়বু ফাদুনা হাংপা তারবদা, ঐখোয়না হায়জবদগী, ঐখোয়না হনখিবদা চানা থক্লবা পীদুনা থাদোকপিরকইবসিনি হায়বদা অরা নিংথৌনা, য়েক্লববু মুংশিহৈবা মত্তৌ উৎলকপদা, মপুক্কি পেন্দুনা থাগৎখি।

# কুলচন্দ্র নিংথৌ, যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ, থাঙ্গাল জেনেরেল ফাগৎপা

তাং ৬।৫।১৮৯১ ইং শঃ ১৮১৩ শজিবু ২৮ নি পানবা যুমশকৈশ—কাংঙবম থাঙ্গাল জেনেরেল, কংলা কোন্থংগী মখা খংনা মাইল ১৫ দা লৈবা ময়াংইমফালগী লোক্তাক খোংঙান হিদেন কোম কৌবা লৈঙাং কাদেনা চেন্দুনা লোংদগী নিংথৌগী লিশিং শামু কৌবা থাঙবু লোক্তাক্তা চনথরমদগা, মশা বৃটিশতা চঙজখি।

তাং ৮।৫।১৮৯ ইং শঃ ১৮১৩ শজিবু থাশি নুমিৎ ইরাইদা—কুলচন্দ্র মহারাজ নোংপোকলোমদা চীনা তান্না চংপদা খুদোং চাদবনা হল্লকতুনা ইয়াম মপান্দা লৈরম্বদগী বৃটিশনা পুবকতুনা, সনা কংলা কোন্থংগী রাস মণ্ডলদা থমই।

তাং ৯।৫।১৮৯১ ই শঃ ১৮১৩ কালেন থা লোংমা পানবা থাংজা নুমিত্তা—নোংমাইথেম্বা অঙোম নিংথৌ চোংথাম অঙাতোন অয়া পুদেন মেজোর, চীঙাখম্বা নোংথোনবা, লানচেল্লুবা মথন্তা হল্লকএ। চঙজখি।

তাং ১০।৫।১৮৯১ ইং শঃ ১৮১৩ কালেন থা নিনি পানবা নুমিত্তা—মাইস্নাম সামু মেজোর মথন্তা চংজখি

তাং ১৪।৫।১৮৯১ ইং শঃ ১৮১৩ কালেন ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা—কংলা স্নুকং কুল্লো থাংজেংগী নুংমুং ফুকএ

তাং ২০।৫।১৮৯১ ইং শঃ ১৮১৩ কালেন থা ১২ নি পানবা যুমশকৈশ নুমিত্তা—জিলাঙম্বা মথন্তা চঙজরকএ।

তাং ২২।৫।১৮৯১ ইং শঃ ১৮১৩ কালেন থা ১৫ নি থানিন থাংজা নুমিৎ—টিকেন্দ্রজীৎ যুবরাজদি শিংজমৈ মথক

খোকচাও দেব্বান, লৈকাইদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী রানী খোকচাও রানীগী যুমদা লৈরমদুনা কাছারগী থাংজবা খেলেন্দ্র সুবেদারনা ফাদুনা পুরকখি।

তাং ১৪ | ৫ | ১৮৯১ ইং ১৮১৩ শঃ কালেন ১৭ নি পানবা নিংথৌকাবা ঙুম্মিল্লা—মতম অসিরাইদা ফাবগা, মশা মশানা চঙজরকপগা লোইরবদা, মনিপুরনা বৃটিশ অফিসার সাহেব ৫ হাৎপগী বিচার তৌনবা, ভারত সরকারনা স্পেসিয়েল ত্রিবুনেল হায়না মী অহুম্না শাবা কোর্ট অমা সেম্লগা বিচার তৌহনখি। মসিগী বিচারগী অকুপ্পা মরোল্দু, মতমদুগী আমৃত বজার পত্রিকাদা তাং ৪ | ৭ | ১৮৯১ ইংদা ফোঙখি। মরোল ইডুনা খবরদা হাপখি

Tribunal Members:

1. Leiutenenl Colonal Saint John Mitchal President of
2. Commandent R.K. Rajowal Major
3. A.W. Devish D. Commissioner of Naga Hill-Kohima.

# রায়গী মরোল

মহারাজা কুলচন্দ্র অমস্থং মনাও ইবুংঙোশিংবু

(১) ভারতকী রানীগী মথক্তা লান হৌবা,

(২) বৃটিশ অফিসার মরি হাৎপদুদা ইনশিনখিবা,

(৩) মীহাৎপগী মরাল লৈরে হায়না চার্জ তৌখি।

চার্জ তৌরিবা মীশিংনা, মনিপুরগী মপান্দগী উকিল নেকে হায়জবা য়াখিদে।

বৃটিশকী মীচঙদা সাক্ষি ১৫ পুথোকপা, অদুগা মনিপুরী নিংথৌ অমসুং অতৈগী মীচঙদা সাক্ষি ৬ থক পুথোকপা য়াইনখি। ট্রিবুনেল অসিনা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎপু ১বা, ২শুবা চার্জগী মতুংইন্না লাল্লে হায়না রায় তাত্নুনা ফাসিগী হুকুম পীখি। কুলচন্দ্র মহারাজ ১দি মনাও অতৌ সেনাপতিবু কুইন এমপ্রেসকী Quin Empress মথক্তা লান হৌবগী মরাল লৈরে হায়না ফার্সিগী হুকুম পীখি।

মনাও জিলাঙম্বনা রার্নীগী মথক্তা লানহৌবগীদমক মরাল লৈরে হায়না, মরল মথুম পুম্বা বৃটিশ সরকারনা মৎলগা; পেনশিন্নচিংবা পীবা তৌদনা সিলেৎ তানা থাখিবা হায়না রায় তাখি।

কাংঙবা থাঙ্গল জেনেরেল ৩৪ শুবা নেটিফ ইনফেনট্রিগী সুবেদার নীরনজল।

কাজাউ পুপ্রম্বম ক্ষিঙাং (গ্রমউংপু অহানবা হাৎপা)। চরাই থাঙ্গাল, মেলভিল অদুগা ব্রাইনবু হাৎখিবা।

বিচারদা, ১বা থাকী মীহাৎপগীদমক লাল্লে হায়না রায় তাত্নুদা ফার্সিগী হুকুম পীখি।

১। চোংথাম মিরা মেজোর।
২। শামুশিং লুরাং নিংথৌ।
৩। নীলমনিসিং অয়া পুরেল।
৪। লোকেন্দ্রজীৎ রাঙ্খেরাকপা।
৫। উরুশিং উসর্বা।

৬। য়েংখোইবা অবু্জাউ।

৭। থম্বসিং লাইশংবা!

৮। ঘনসিং খোমদ্রা।

৯। চাউবী হায়দার মচাহল।

১০। ধবজসিং নেপ্রা মচাহল।

১১। নোমিসিং নেপ্রা মচাহল।

১২। ত্রিলোবসিং নোংথোমনা সন্তয়ান।

১৩। ধনসিং মগোনশেনব।

মখোয় ১৩ অসিনা হাননগী মথক্তা কানহোৌবগী মরান লৈরে হায়না রায় তাহনা কালাপানি অন্দামান দ্বীপ্ত থাখিনবা হুকুম তৌখি।

**আপীলঃ**

মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং মনাম ইবুংঙো যুবরাজ টিকেন্দ্র-জীৎনা ত্রিবুনেললনা ত বিশা বায়শিংসি য়ানিংদে হায়হুনা ভারতকী গভর্ণর জেনেরেলদা আপিল তৌখি। অইবা দরখাষ্ট অমত্ত নতুনা, উকিল লেপ্পা য়াহনখিদে।

কলিকাতগী মনমোহন ঘোষ হায়না বেরিষ্টর অমনা আপিল-লাগশিংগী মহুৎ শিন্দুনা, অইবা দরখাষ্ট অমদি গবর্ণর জেনেরেলদা থাখি। মতমতুগী গবর্ণর জেনেরেলদি, লর্ড লেন্সদাউন্না ওই (Lord Landsdowne নি)।

মনমোহন ঘোষনা, মাগী আপিলগী অইবা মরোলদা হায়রি মতুনিঃ

১। খৃঃ ১৮১৬ কী য়াম্লাবু সন্ধিগী মতুংইন্না, মনিপুর লৈবাক্তি স্বাধিন রাজ্য মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইগ্রবনি।

২। অহগা মতুংগী বৃটিশ ১ দি মনিপুরগী মরক্তা তৌনখিবা করিগুম্বা সন্ধি অমত্তুদসু, মনিপুর বৃটিশনা মীখা পোনবা

লৈবাক্তি হায়খিবা লৌখিবা লৈতে। অস্তুন্না দরখাষ্ট অমদা মরিক চুন্না কন্না ইখি।

৩। বৃটিশনা লাল তৌরে হায়না লাউথোকপা তৌদনা, যুবরাজগী ময়ুমদা বৃটিশনা লান্দাতুনা, সঙ্গাই শেনবনচিংবা হাংখিবনি। সঙ্গাই মঙ্গুংগী মনাই মশন অয়াম্বা হাংখিবনি, পোংচৈস্ত লুং তৌদুনা লৌখিবনি।

। অতুদগী শেদোক্লুনা সনা কোন্নুনী মমাংদা লৈবা উগম লৈকাই যাংসেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাই, রেশিদনসীগী নোংচুপ্পা লৈবা মরান লৈতবা প্রজাগী ময়ুম মৈ থাখিবা, অদুদগী সনা কোন্নুংদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা লান্দাখিবনি মরান লৈতবা. ইংনা লৈকনা প্রজা কযা হাংখিবা ময়ুম মকৈ মৈ থাখিবা, অতুদগী, সনা কোন্নুংদা লান্দাখিবনি। অতনা মনিপুরগী বানীগী মথক্তা লান শৌনবা হায়বগী চার্জ তৌবসি চুমদবনি। অদুনা লান তৌবগী দণ্ডি ফংফম থোক্লবদি মনিংতম্বা মনিপুর লৈবাক্কী মথক্তা লান তৌবগীদমক্তা ভারত সরকারনা ফংফম থোকপা মরান্দু ফংফম থোকপনি। মনিপুর সরকারগী মীনা ফংফম থক থোক্কে।

৫। অতুগা ২ সুবা চার্জ মীহাৎপগী মরমদা য়াওখি হায়দুনা চার্জ তৌরিবসিস্তু, কুলচন্দ্র মহারাজগা, মনাও যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ অনিমক থৌদোকতুনা চুন্না য়াওরম্বা য়াই, হায়দুনা চিংনবা নত্তুনা, মচিন মনাওগী মাথংদগী সাহেবশিংবু হাৎখিবনি হায়বগী শক্তি প্রমান পুথোকপা ঙমদে। মরম অসিনা মখোয়বু ২ সুবা চার্জগী মতুংইন্না মখোয়না ইনশিনবনি হায়বগী তশেংবা শাক্তি প্রমান পুথোকপা ঙমদবনা, ২ সুবা চার্জ অসিস্তু অরানবনি।

ত্রিবুনেলগী রায়সি অরানবনি হায়হুনা মরীক চুম্না দর-খাষ্ঠতুদা অইবা ওইনা পীরিবশীং মশামক্না রাদ্ গব। অ জেনেরেলদা চোংথোকতুনা শাখি প্রমান্নচিংবা পুথোকতুনা জবান হংনবা ক্রোস তৌনবা খুদোংচাবদি পীদবা য়াদবা মবম্না ভারত সরকারনা স্পেসিয়েল ত্রিবুনেনগী তাংখৈবা বাযনা অন্থবনি হায়না অদুম লৌখ্রে। অদুগা —

১। য়ুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ

২। কাংগবা থাঙ্গাল জেনেরেল

৩। নীরঞ্জন সুবদার ৩৪ সুবা নেতিপ ইনফেট্রি।

৪। পুথ্রম্বা ফিঙাং কাজাউ

৫। চরাই থাঙ্গাল

মঙাসিবুদি ফাঁসি তৌবগী হুকুম পীখি।

## লানগী রায়

গবর্নর জেনেরেলনা মুম্না কেবিনেটা খন্নরগা, অানীলগী রায়দা : —

১। মহারাজ কুলচন্দ্র

২। মনাও অঙৌ সেনাপতিবুদি, মখোয়গী মরল মথম লোইনা ভারত সরকারনা মৎলগা ফাঁসিগী মহুত্তা কালাপানি আন্দামান দ্বীপ্তা থাখিবা হায়না হুকুম লাউথোকখি।

মতৌ অসুম্না ভারত সরকারগী হুকুম অতুনা

তাং ১৩/৮/১৮৯১ গী সুমিত্তা—

১। টিকেন্দ্রজীৎ য়ুবরাজ

২। কাংগবা থাঙ্গাল জেনেরেল

৩। নিরনজন সুবদার

৪। পুখ্রম্বা ফিডাং কাজাউ

৫। চরাই থাঙ্গাল

মডাসিবু মপান কাংজৈবুংপী কৈফাবুংদা ফাঁসি তৌতুনা হাংখি।

১। কুলচন্দ্র মহারাজ ৪ । ৯ । ১৮৯১ দা তজপুর জেলদা থুংই

(তাং ৫ । ১১ । ১৮৯১ আন্দামান্দা থুংই)

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২। | অঙৌ সেনাপতি (অতৈ অঙম অথৌ ১৩) | | —Do— |
| ৩। | লোকেন্দ্রসিং রা খৈরাকপা ,, | | —Do— |
| ৪। | নীলমনি অয়াপুরেল (১২ । ৮ । ১৮৯১) | | —Do— |
| ৫। | শামুসিং লুরাং নিংথৌ | —Do— | —Do— |
| ৬। | চোংথা মিয়া মেজোর | —Do— | —Do— |
| ৭। | অবুংজাউ য়েংখোইবা (৪ । ৯ । ১৮৯১) | | —Do— |
| ৮। | উরুংসিং উসবা | —Do— | —Do— |
| ৯। | লাইশ্রবা খম্বাশিং | —Do— | —Do— |
| ১০। | খোমদ্রা ঘনসিং | —Do— | —Do— |
| ১১। | চাউবী হায়দর মচাহল | —Do— | —Do— |
| ১২। | ময়েংবা ধবজসিং | —Do— | —Do— |
| ১৩। | নেপ্রা নোনিসীং মচাহল | —Do— | —Do— |
| ১৪। | ত্রিলোকসিং নোংথোনবা সতরান | Do— | —Do— |
| ১৫। | ধনসিং সগোলশেম্বা | —Do— | —Do— |

H. M. Durand
Secretary to the
Govt. of India.

# Manipur War Diary

তাং ২১।৯।১৮৯০ শ: ১৮১১ লাংবন থা ৭ নি পানবা নোংমাইজীং মুমিত্তা অহিং নোংয়ায়গী মতমদা. অঙৌসনা জিলাঙম্বা অনিনা মহারাজ সুরচন্দ্রগী তুমফম কা অদুগী মথক্তা নোংমৈ কাপথরুবা সুরচন্দ্রবু নিনবা তৌখি।

অহিং অদুদা মহরাজ সুরচন্দ্রনা মনাইশিং থরগা নিংথৌগী থাঙ, পোংলোই সম্বোং পুহ্না, কোনথৌজম ইংখোলদা রেসী-ডেন্সীদা চেনখি।

তাং ২২।৯।১৮৯০ শ ১৮১২ লাংবন থা ৮ নি পানবা নিংথৌকাবদা মমাংগী তাং ২১ গী অহিংদা নোংমৈ কাপপা তাবদা, টিকেনদ্রজীংনা হৌগংভুনা য়েংবদা, মনাও অনিনা ছৌরম্বহু থেংনবদা অমস্তুং সুরচন্দ্র মহারাজমু লৈরমদ্রবহু।, টিকেনদ্রজীং না অহিংহু সনা কংনা কোম্বংদা ভাকুনা লৈরগা নোংভাল্লগা তাং ২২ নিংথৌকাবা মুমিংসিদা টিকেনদ্রজীং রেসিডেন্সীদা চত্তুনা সুরচন্দ্রবু, হনত্তিনহুনা নিংথৌ ওহবিরো. ইচিন ইনাওশিং-দগি মীচঙ মীথায় নাইবীগমু হঙ্গংপদা সুরচনদ্রনা বৃন্দাবন চৎলগে নিংথৌ থুবম থাদে ক্লগে হায়না নিংথৌগী পোংলোই, সম্বোং. সনা কোম্বংদগী পুররপা পুমনক্কা চিঠি অনগা ইতুনা টিকেনদ্রজীং কোয়রেংগী মথুক্তা পীরকই। মসি পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউং তম্মু হায়হুনা থঙহনখি।

তাং ২৩।৯।১৮৯০ শঃ ১৮১২ গী লাংবন থা ৯ নি পানবা লৈপাকপোকপা মুমিক্তা কুলচনদ্রবু মনাওশীংনা নম্বোন্দগী লৌরুহুনা মসিপুরগী নিংথৌ হাপ্তুনা চহী ৩৭ সুবা মতমদা কুলচন্দ্র মৈতৈ নিংথৌ ওইখি।

মুমিংসীগী অহিংদা সুরচন্দ্র মহারাজ, মনাওশিংগা লোয়ননা

বৃন্দাবন চৎনবা লুপা ৩০০ (চহুম) গা P. A. না পীবা পার্মিট চেগা লোয়নন্না গুর্খা সিপাই ৩৫ গা লোয়নন্না লমাংদোং, তোংজৈ মরিন লম্বীরোমদা বৃন্দাবন চৎখি।

তাং ২৯। ৯। ১৮৯০ শঃ ১৮১২ গী লাংবন থা ১৪ নি পানবা নিংথৌকাবাদা - কুলচন্দ্রগা, ময়াম্বুং সুরচন্দ্রনা নিংথৌ খুবম থাদোক্লুনা মানা মনিপুরগী নিংথৌ ওইরে হায়না ভারত সরকার গী ভাইসরোইদা চিঠি থাখি।

টিকেন্দ্রজিৎনা যুবরাজ ওইরে। মনাও অঙৌসনা সেনাপতি ওইখি। জীলাঙম্বনা শামু হনজবা ওইখি।

তাং ৮। ১০। ১৮৯০ শঃ ১৮১২ লাংবন থা ২৩ নি পানবা য়ুমশকৈশা সুমিত্তা - সুরচন্দ্র নিংথৌনা কাছার জিলা য়ৌরগা; P. A না পীবা পার্মিট চেদু য়েংলগা, মহাক মশানা য়ানা সিংহাসন থাদোক্লে হায়বা মরেন অতুদা, সুরচন্দ্রনা মথক্তা তৌনখ্রিবা রাফমশিংদগী পেন্দদুনা, মহাক মশানা য়ানা সিংহাসন থাদোক্লে, নিংথৌ খুবম হনজীনহনবীনবা ভারত সরকারনা মতেং পীবীয়ু হায়না খংহনখি।

অসুম্না সুরচন্দ্র নিংথৌনা মশানা য়ানা নিংথৌ খুবম থাদোকলবা, বৃন্দাবন চৎকে হায়না চৎখ্রগা, মপুকচেল লেপ্তবা, নিংথৌ ওইরগা ওইদবা রা হায়বা মরমদগী মথাদা মনিপুরদা থোকখ্রিবা পুন্নমক, প্রজাগী অরাবা ওইরিবা পুন্নমকসিগী দায়ীনি।

তাং ২৩। ৪। ১৮৯১ শঃ ১৮১৩ গী শজিবু থা ১৩ নি পানবা শগোলশেন সুমিং—সুমিংসিদা খোংজোম লমদমদা মৈতৈ নোংশা পাউনা ব্রজবাসী, সনাতোন ধর্ম্ম ফংগ্রবদা, মনিপুরগী মায়কৈ অহুমগী লান লোইখি।

তাং ২৭। ৪। ১৮৯১ শঃ ১৮১৩ শজিবু থা ১৮ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিডা নোংচুপ্‌পোমগী ভারত সরকারগী ভেঙ্গোল লুচিংবা Major Mexual সাহেবনা মৈতৈগী নিঙতম্বা কংলা সনা কোম্মুংগী পাখংবা য়েকপা ফিরান চিংথদুনা বৃটিশকী ফিরান য়ুংখিদুনা সনা কোম্মুং লৌখি।

তাং ২১। ৯ ১৮৯১—বব সাহেবনা, ভুবনসিং যুবরাজগী মনৌ মোইরাংথেম নিঙোল ললিতা মঞ্জরীনা পোকপা মচা ৪ গী মমুংদা অতোম্বা চুড়াচান্দ কৌববু চহি ৭/৮ সুরকপদা মনিপুরগী নিংথৌ হাপখিখি।

খৃঃ ১৮৯১ ইং—সুরচন্দ্র মচাগা লোয়ন ১ কলিকতাদা নোংঙ্গাখিএ।

খৃঃ ১৮৯২—ইঙেন থাদা, চীঙা য়াংখায়দুনা ২ থোকপগী মরক্তা লম্বেল সেমএ।

মতমসিদা, নিত্যাইপাৎ চিথেক্তগী ক্ক কৈথেল য়ৌবা, নম্বুল লোমগী সেগা লম্বীস্থু সড়ক সেমএ।

মতমদুদা সুরচন্দ্র মহরাজগী মচা সাপম চম্বুনা পোকপা সনাতোম্বীবু মেজোর মেকমুয়েল বড় সাহেবনা লৌএ।

মতমদুদা বালাচবন, রসিকালান, সরকারগী থবক তৌবা বাবুসিং, হাওবম লৈকাইদা লৈএ, অদুগী হাওবম লৈকাইবু বাবুপাড়া কৌখিয়ে।

খৃঃ ১৮৯৩ দা-পাকাসনা বৃন্দাবন্দা শিএ। ইঙাগী ১৮ নি পায়।

খৃঃ ১৮৯৪ দা—য়েংখোইবা মেজোর শিএ।

খৃঃ ১৮৯৫ দা-নরসিং মহারাজগী মচা সনা বড়াচাউবা শিএ।

খৃঃ ১৮৯৬ দা—বড সাহেব P. A. এজেন্টনা লৈবাকী বিচার তৌনবা ১। চৈরাপ ২। পঞ্চায় কোর্ট অনি লিংখৎখি।

চৈরাপকী—১। চূড়াচান্দগী মবুধৌ পুষ্কর মন্ত্রী
২। নোংমাইথেম অঙোম নিংথৌ
৩। চৗঙাথম্বা নো.থোনবা
৪। নোংমাইথেমবা পুষ্পনবা
৫। নিংথৌজামবা নাহারুপ লাকপা

মেম্বর ৫ কমহল্লে। লৌ পরি ৫০/৫০ তলব ওইনা খাজনা থীদনা চাহল্লে।

পুঞ্চায় কোর্টকী ১। রাকনবা
২। সৌগাইজাম্বা
৩। চৗঙাথম্বা অহল্লুপ লাকপা
৪। নোংমাইথেম লাইফম লাকপা
৫। খুরাইরাকপা চাউবা

মেম্বর ৫ হাপএ। লৌ পরি ২৫/২৫ তলব লৌ খাজনা থীদনা লৌচা পীএ।

খৃঃ ১৮৯৬ দা লাইশ্রবা জন্তুবান মেজোর শিএ ফাইরেল থাদা নিংথেম চূড়াচান্দগী মচেম মুক্তা সনাবু অঙোম নিংথৌদা লুহোংএ। সরকারনা লুহোংবগী খরচ লুপা ৭০০ পীএ।

খৃঃ ১৮৯৭ লাংবল থাদা—বড় সাহেবনা গারোৎতা কমচুনা মৈতৈ পণ্ডিত কৌশিন্দুনা, চৈথারোল কুম্বাবা অসিবু নিংথৌ কনানা লিংলম্বনো হংএ। পণ্ডিতশিংনা খুমএ, মৈতিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবদগী (খৃঃ ৩৩-১৫৪) হৌনা ইয়ে অকুপপা মরোম্বা মৈতিংঙু ক্যাম্বা হাক্কা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) ইরমএ।

রাকচাংথা—মমা সিজ, মোইরাংনিংথৌ অনিমকনা বড় সাহেবতা হায়দুনা

১। শ্রীগোবিন্দ

২। বিজয় গোবিন্দ

৩। নিত্যাইনন্দ

৪। অদ্বৈত

৫। বৃন্দামচনদ্র

৬। রামচনদ্র

৭। মহাবলি হনুমান ঠাকুর

লাই ৭ অসি লৌ পরি ৬/৭ কা ইংখোলগী থাজনাগা লৌবিগনো হায়এ। বড় সাহেবনা য়াদুনা কোকখিএ। উমংলাইগীসু অয়াম্বা কোবখিএ।

খৃ: ১৮৯৮ ইংদা—বড় সাহেবনা, পণ্ডিতশিংদা হংএ, নিংথেম পুথিসি কনানা ভৌবনো? পণ্ডিতশিংনা খুমএ মবুধৌ গরীবনিরাজ সনা হাক্তকা (১৭০৯ ১৭৪৮) চৈথাবা য়েনকোকপা লেংহাংগী কুম শক ১৬৪৮ খৃ: ১৭২৬ সুবদা তৌবনে খুমএ।

—

# থাঙগী ফীরেপ

ওজা ছাত্র অনিসী, খুত্থপ, ২ খুদোন ৮ লাপ্পনা লেপ্পগনি। খোঙ য়েংনা মাং থানা, খুকউ কোম্না ওইনা তুং থংনা চপ তীংনা, কোক, হকচাংপম্বা, ওইগী খুকউ, ফৈগন, ফৈবোম অসি পরিং অমগুদা তিংনা, খ্বাংদা অকম্বা পীহ্নুনা, থবাক লোংলপ অকনবগী মওং ফীবম (ফিভম) উংনা, ওজাগা মায়োক্লনা লেপকনি।

খুং য়েংনা থাঙ চৈ, নত্রগা গদগা পায়গনি, ওইনা চুঙ্গোয় পায়গনি। ফীবম অসিদা মীংতি লাম্বাহুগী মীংকা চানহ্নুনা য়েংগনি, অহুদা, লাম্বা অনিমক্কী থবকপুম্বা ১ সুং তৌরিবা পুম্বা মীংকা মীংকা চানহ্নুনা, পুক্রিং লৌশিং ওইগনি।

**১বা ফীবম:**

মথক্কী ফীরেপ অসিদা, য়েংকী খোঙবীগা, ওইগী খোঙগা তুংলোমদা খুত্থপ অনি লাপ্পনা লেপকনি। নাকন্দনা খুদোন ৪ লাপ্পগনী, হায়বদি য়েংকী খোঙনা মাংদা য়ুংনা থাগনি, ওইনা ফৈনা থাগনি নীংনা খুত্থপ ২ লাপ্পনা। মসিবু ১ বা ফীরেপ কৌই।

**২শুবা ফীরেপ:**

অনিশুবা ফীরেপ্তা, য়েংকী খোঙবীগা ওইগী খোঙনিংগা, খুত্থপ অমগা খুদোন ২০ লাপ্পনা, নাকন্দনা, খুত্থপ তঙ্খায় অমা লাপ্পনা লেপকনি। মসি খুং নামনা থাঙ, নামনা চুঙ্গোই পায়রগা শাজেন তৌবদা লেপকদবা ফীরেপনে।

### ৩শুবা ফীবম ঃ

অহুমশুবা ফীরেপতি, য়েংকী খোংবীগা, ওইগী খুনিংগা খুত্থুপ ১ খুদোন ৪ অত্থুপা নাকন্দনা খুত্থুপ অমা ওইগনি। মসিগী ফীবমদি— ওইগী খোংদি খুদোন্দা লেপকনি খুনিং লৈপাক তাবা য়াই।

### ৪শুবা ফীবম :

খোঙ ২গী লাপ্পবা, মাং. তুংদা খুত্থুপ মখায় অমনি। নাকল লোমদা খুত্থুপ ১ গা খুদোন ১০ নি। মসিগী ফীবমসি, খোং ২ সি, খোঙফমসি তৌরকপা মত্তু ইন্না, মাঙ, তুং মাইগৈ ২ দা লৈত্থনা ওন্থোক ওনশিন তৌত্থনা শাক্লেন শান্নব। য়াম্নবনি।

### ৫শুবা ফীবম ঃ

খোঙফম অনিগী লাপ্পবা, য়েং, ওইনা খুত্থুপ ১ গা খুদোন ১৪ ওইগনি। খোঙ ২ সি তিংনা ওই, য়েংতা মথক্তা হায়রিবা খুত্থুপ ১ খুদোন ১৪ লাপ্পনা লেপকনি।

য়েক্লবা ময়ামগী মরক্তা তারবদা, মসিগী ফীবমদা লৈরগা, মায়গৈ ৪ দা লৈত্থনা, চোংথোক চোংশিন্দ তৌত্থনা, তানশিনবা হন্দোকপা তৌবদা পীক্তিন্নগদবা ফীরেপনি।

ফীবম, ফীরেপ পুম্বদা, থাঙ পায়রিবা খুংগোমগী খুকউত্ত মাংলোমদা কোন্না লেপকনি।

# থাঙগী থাঙলোন (থাঙয়ান)

খুংকী অতোপ অতোপ্পা মওংগী খুৎলৈদগী থাঙগী থাঙলোন পোকই মতুংদি:—১। খুজেংগী থাঙলোন (থাঙয়ান)।

খুজেংদগী থোকপা থাঙ পাঙলোনবু খুজেং লয়বী থাঙলোন কৌই। অসুম্না খুজেং লয়গী থাঙয়ান্দি, খুদাঙনা লেঙদ্রগা থাঙনা চক্রগুম কোয়না লয়হুনা য়াল্লি, অতোপ্পা তং অনিগী থোইদোকপা য়াওদে। খুৎকী খুজেংতনা মায়গৈ পুম্বা লয়হুনা য়াল্লি হায়বগী থাঙযান অসিবু খুজেংগী থাঙয়ান খুজেং, লয়বী থাঙয়ান (থাঙলোন) হায়না কৌএ।

অতোপ্পা থাঙয়ান্না, খুজেং লয়বী থাঙয়ানমুক থনা য়ানবা য়াদে। থনা য়ানবা থাঙয়াক্তনা থাঙগী অয়োবী থাঙয়ান্নি অতুনা খুজেং লয়বী থাঙয়ান্না থবা য়াবা, থবা হেনবা মরমদগী খুজেং লয়না য়ানবা থাঙয়াক্তনা থাঙগী অয়োবী অখেঙবা থাঙয়ান পাঙথোকপা ঙমই।

২শুবা থাঙয়ান, খুনিংদগী থোকপা থাঙয়ান থাঙলোন কৌই। থাঙগী শাজেল তৌবা মতমদা হায়বদি থাঙ ঙমবা মতমদা থাঙয়ান অমত্তনা য়ান্দুনা শাজেল তৌনদে, অতুগা থাঙয়ান হৌরকপা তাং অতুগী মতুংইন্না থাঙয়ানতুগী থাঙলোন মমিং থোনবনি।

হৈক্রিবা মীনা য়ানবা থাঙয়ান্দি, মখুত্তু রাংনা থাংগৎলগা য়ানথরকই রাংনা হায়গৎপসি পাম্বোম মরু লেংবানগী মথো ওইরবসু, থাঙ্গৈশেংবদি খুনিংগী থাঙয়াম্নি, মরম অতুনা থাঙ রাংনা থাঙ্গৎলগা য়ানবা থাঙয়ানবু খুনিংগী থাংলোম্নি, হায়না লৌগনি। খুনিংগী থাঙয়ান্দি হকচাংদা পানবগা, থাঙয়ান্দু শোনথৈ, মপাঙ্গল হনথৈ, মাঙই হায়বদি থাঙয়ান্দুগী মপাঙ্গল অতুক হাকনা কনদে।

৩ শুবা থাওয়ান। পাম্বোম মরুগী থাওয়াম্নি। মসিবু পামবোমগী থাওলোন হায়না কৌএ। পাম্বোম মরুদগী হৌরকপা থাওয়ান অসি অকিবগী মশকনি, মসিগী থাওয়ানসি থোইদোকপা শাংনা থোম্না য়াম্লি অমসুং থাওয়ান অসি থোইদোক্ক কল্লি। অদুনা মসিগী থাওয়ান অসি অকিবগী মশক্নি।

থাওয়ানগী মরমদা খুজেং শীজিন্নবগা থাওয়ানগী ঙয়োবা, অথেংবী থাওয়ান পাংথোকপা ঙমই। খুনিং শীজিন্নবগা থাওগী থাওদোল ফাবা লাইনা ঙমই। পাম্বোম শীজিন্নবগা থাওয়ান কনবা অমসুং অথেংবী থাওয়ান ওই। মবন অসিনা খুজেং, খুনিং অমসুং পাম্বোম অদুমসি মতিক চানা পুন্নব অমসুং তিন্নবগা থাওগী মরমদা মতিক চানা চাওখৎপা থাওলোন, থাওয়ান অদু ফোঙদোকপা ওই।

মীয়ামগা যেংনবা ১মুং মীয়ামদগী ইশা ঙাক্না হোংনবদা, পাম্বোমগী থাওয়াম্না থোকদোকনা কান্নৈ অদুগা য়েক্নববু যানগে হায়রবসু, মাপী মওং ফীভমগী মচুংইন্না, খুজেং পাওয়ান্না হৌরগা পাম্বোমগী থাওয়াম্না হাইদুনা, অতোপ্পা থাওয়ান অমা হৌবগা লোয়ননা লানথেংনবা ঙম্নবনি মদুনা খাইদগী হেন্না ফৈ।

খুনিংগী থাওয়ান্দি, খুজেং অমসুং পাম্বোমগী থাওয়ান্দগী কনবা, শাথিবা য়াংলনসু, কয়িগুম্বা থাওয়ান অমা হৌকরগা, থাওদু য়ানবা হৌরুবগা, অদু তোকতুনা, থাওদোন ফবা অমদি থাওয়ান্দু থাওদোন ফানা য়ানগে, য়াম্নবগা অমুক য়াম্না থুনা হন্নক্কে হায়রবদি, খুনিংগী থাওয়ান্তনা থাওদোন ফাবগী থাওয়ান্নী। অসুম্না খুৎকী তাং পুম্বগী থাওয়ান্দা, থাওদোন ফানা অমুকসু থওম্নবদি অথুবা, অপাইবা থাওয়ান্দা, থাওদোন ফনা য়ানবা থাওয়ান্দা লাম্বদুগী ( য়েক্নবদুগী ) জ্ঞান মাংবা অকাউবা, জ্ঞান তাহন্দবা ঙমই।

## মীরৈবাক থাঙ

## সালামী খোঙফম।



Fig. 1

য়েংকী খুৎনা থাঙ পায়ও।—ওইনা চুঙ্গোয় পায়ও।

. দা খোঙ ২ পুন্না লেপও। য়েং লৈহৌও তিংনা।

২ দা ওই কোন্না থাও। মসিগী ফীবমদা চুঙ্গোই পায়বা ওইগী খুংকী খুনিংনা ওইগী শদোল শোকনা চুঙ্গোয়না ভক-মপাদা ঙাক্না খুদাং ইনথোক্না চুঙ্গোয় পায়ও।

য়েংকী থাঙ পায়রিবা খুৎনা, য়েংকী খ্বাং মপা য়ৌনা থাঙহু চিংশিন্না, নেমথনা থাঙদোলহু কাপ অমরোম চুঙ্গোইদগী হেন্দোক্না, থাঙদোল চুঙ্গোইগী য়েং থংনা, থেংননা পায়ও।

ফীবমদি, ফীরেপ্তি ওইগী খোঙ কোন্না, খোঙফম ২ দা ওইনা মাঙ থানা, য়েংনা তুংলোম খুতুম ২ য়োম লাপনা কোক্তগী খুদোল কাওবা চপ তিংনা, হকচাংগী অরুম্বা খ্বাংদা পীনা, থবাক লোংলপ, লাম্বাহুগা মায়োক্না পুংয়ান চানা, মীং চাননা লেপও খোঙফম ১ দা।

২ দা য়েং ফকুক্নুনা, থাঙ, লৈথক্নুনা লেংবান মপাদা থমও।

১ দা ওই হন্না থাবগা, চুঙ্গোই হাইথনা তুংলোম ওন্না তুংদা খ্বাং মপাদা পায়ও। মসিনা য়েংকী খোঙ কোন্না, ওইনা তিংনা লেপও।

২ দা ওই ফ্রুক্রুনা কোম্ন, থাবদা, চুঙ্গোই হাম্নগুম, ঙক কম্না পায়ও।

১ দা য়েং হন্দুনা থাবদা থাঙ লৈথত্নুনা, হাম্নগুম পায়ও। হাম্নগী ফীবমদা লেপও।

২ দা খোঙ (ওই+য়েং) পুন্না (লেপও) মসিদা থাঙ হাইগংনা চুঙ্গোইগা ঙক মপাদা, থাঙদোন য়ুংখংনা, খুত্নমগা চুঙ্গোইগা নকুনা ওজা গুরু খুরুমও।

অমুম্না খুংলাই পায়রগা, ওজা গুরু খুরুম্বা মওং সলামি মরোল য়ামই তৌনিংবা সলামি মওং অমনা ওজা গুরু খুরুম্বা হৌগনি।



# কদম খোঙফম ১বা




Fig. 2

## কদমশু ওইনা হাম্না ওইরোম চৎপা হৌগনি।

২ দা খোঙ ওই+য়েং পুন্দুনা সলামি তৌরগা, থাঙ ওই, য়েং লয়না হাইথবগা, য়েং লৈহৌরগা।

১ দা ওই তিংনা হন্না থাদুনা, থাঙ, চুঙ, ওই য়েং লয়না-লয়না হাইবগী শাজেন, হকচাং ফীবম, ফীরেপ, মথক্তা হায়খিবা ১বগী ফীবম ফীরেপ্তা লৈদুনা শাজেন শান্নগনি।

৩ দা ওই থাঙ।

৪ দা য়েং থাঙ।

৫ দা ওই থাঙ, য়েংলোমদা লৈদুনা,

৬ দা য়েং তিংনা তুংওইননা থাঙ। মসিদসু ১বা ফীবম ফীরেপ্তা লেপকনি। খোঙথাং খুদিংদা থাঙসু ওই য়েং লৈনা-লৈনা হাইদুনা চৎকনি।

৪ দা য়েং থাঙ।

৩ দা ওই থাঙ।

২ দা য়েং থাঙ, ওইয়োম লৈদুনা।

১ দা ওই তিংনা তুংহন্না থাঙ। মসিদসু মথক্তী ১বা ফীবম ফীরেপ লেপও। খোংথাং খুদিংগী থাঙসু ওই য়েং লৈনা লৈনা হাইদুনা চৎলো। অসুম্না হন্না হন্না চৎতুনা থাঙ লৈদুনা শাজেন তৌগনি।

## ২সুবা কদম খোংলোন অথুবা।




Fig. 3

২ দা য়েং কোন্না থাবা,

১ দা ওই তিংনা থাহনা, চৎলম্বা, ১বা কদম খোংলোন অতুদগী থুজিনগে হায়রবদি।

৩ দা ওই থাও।

৪ দা য়েং থাও,

৫ দা ওই থাও য়েংলোম লৈহনা,

৪ দা য়েং ফুক্লগা থারমও,

৩ দা ওই থাও,

২ দা য়েং থাও, ওইরোম লৈহনা,

৩ দা ওই ফুক্লগা থারমও,

৪ দা য়েং থাও

৫ দা ওই কোন্না থারগা, য়েংলোম লৈহনা

৪ দা য়েং ফুক্লগা থারমও, অসুম্না মথং মথং হন্না হন্না চত্তুনা শাজেন তৌও, কদম অথুবা খোঙলোন্দা শাজেন তৌবদা খোংফম ১, ৬ তা খোঙ হান্না তুহন্ননা থাবা য়াওরোইএ।

---

## কদম ৩ শুবা খোংলোন

য়েৎলোমদগী মাঙলোম চংশিন্নবা অতুগা অযুক তুংলোমদা হল্লকনবা খোঙলোন




Fig. 4

১ দা য়েং কোনবা

৩ দা ওই তিংনা, কদম অথুবা চংলম্বদগী, মাঙলোম চঙনা তানশিনগে হায়রবদি,

৭ দা ওই মাঙলোম খোঙকাপ ১ চঙশিন্না থাও।

৮ দা য়েং থাও।

৯ দা ওই থাও। ওইরোম লয়হুনা।

১০ দা য়েং, মাঙলোম খোঙকাপ ১ চংনা থাও।

১১ দা ওই থাবা।

১২ দা য়েং, য়েৎলোম লয়হুনা।

১৩ দা ওই থাও।

১৪ দা য়েং থাও।

১৫ দা ওই থাও। অস্তুম্না লাম্বাহুনা হন্দোকলিবমখৈ, মাংলোন খোঙকাপ অমমম চংশিন্না, তানশিন্না শাজেন তৌগনি মসিদগী অমুক তুং হনগে হায়রবদি;

১৪ দা য়েং ফুকতুনা হন্না থারম্লগা; য়েংলোম লয়হুনা

১৩ দা ওই থাও।

১২ দা য়েং থাও। ওইরোম লয়হুনা,

১১ দা ওই হন্না থাও।

১০ দা য়েং থাও।

৯ দা ওই কোন্না থারগা, য়েংলোম লয়হুনা

৮ দা য়েং থাও।

৭ দা ওই থাও।

২ দা য়েং কোন্না থাও। ওইরোম লয়হুনা,

১৬ দা ওই হন্না থাও।

১৭ দা য়েং থাও।

১৮ দা ওই থাও। য়েংলোম লয়হুনা,

১৯ দা য়েং থাও।

২০ দা ওই থাও।

২১ দা য়েং থাও। ওইরোম লয়হুনা,

২২ দা ওই থাও।

২৩ দা য়েং থাও।

২৪ দা ওই থাও। অস্তুম্না মথং-মথং শাজেল তৌগনি।

## কদম 8 শুবা খোংলোন

অথবা য়েংলোম্নদগী
তুংলোম্ন হলগে হায়রবদি,
অতুগা অযুক মাঙলোমদা
তানশিনগে হায়রবদি—



Fig. 5

২ দা য়েং কোম্না থাবা,

৩ দা ওই তিংনা থারম্বদগী, ওইরোম লৈহুনা,

১৬ দা ওই, ১ তুং হন্না থাও,

১৭ দা য়েং, থাও।

১৮ দা ওই থাও, য়েংলোম লৈহুনা, খোঙকাপ ১ তুংহন্না,

১৯ দা য়েং থাও।

২০ দা ওই থাও।

২১ দা য়েং থাও। ওইরোম লৈহুনা, খোঙকাপ ১ তুংহন্না,

২২ দা ওই থাও।

২৩ দা য়েং থাও।

২৪ দা ওই থাও। ××× মথং মথং। মসিদগী অমুক মাংলোমদা তানশিনগে হায়রবদি, য়েংলোম লৈদুনা।

২৩ দা য়েং ফুকতুনা হন্না থারমও।

২২ দা ওই থাও।

২১ দা য়েং থাও। ওইবোম লৈদুনা, খোংকাপ ১ মাংলোমদা চংশিন্না,

২০ দা ওই থাও।

১৯ দা য়েং থাও।

১৮ দা ওই থাও। য়েংলোম লৈদুনা, খোংকাপ ১ চংশিন্না।

১৭ দা য়েং থাও।

১৬ দা ওই থাও।

২ দা ওই থাও। ওইবোম লৈদুনা অমুক খোংকাপ ১ চংশিন্না

৭ দা ওই থাও।

৮ দা য়েং থাও।

৯ দা ওই থাও। য়েংলোম লৈদুনা,

১০ দা য়েং থাও। অসুম্না হান্নগী চংশিন্না তানশিনবগী খোংলোম্দা তানশিনগনি।

---

## কদম ৫ শুবা খোঙলোন

ওইরোমদগী মাঙলোম তানশিন্নবা অমসুং হন্দোকনবা।



Fig. 6.

৫ দা ওই।

৪ দা য়েং। কদম অথ্‌বা মরোন্দগী, মাংলোম চংনা তানশিনগে হায়রবদি—

৭ দা য়েং থাও। মাংলোম খোংকাপ ১ চংশিন্না।

৮ দা ওই থাও।

৯ দা য়েং থাও। ওইরোম লৈরগা।

১০ দা ওই থাও।

১১ দা য়েং থাও।

১২ দা ওই থাও। য়েংলোম লৈছনা

২৩ দা য়েং থাও।

১৪ দা ওই থাও।

১৫ দা য়েং থাও, অসুন্না মথং মথং + + +

# কদম ৬ শুবা খোঙলোন

ওইবোমদগী তুংলোম হন্নবা খোঙলোন।



Fig. 7

৫ দা ওই,

৪ দা য়েৎ। মসিদগী

১৬ দা য়েৎ থাও।

৭ দা ওই থাও।

১৮ দা য়েৎ থাও। ওইরোম লৈদ্রুনা

১৯ দা ওই থাও।

২০ দা য়েৎ থাও।

২১ দা ওই থাও। য়েৎলোম লৈদ্রুনা

২২ দা য়েৎ থাও।

২৩ দা ওই থাও।

২৪ দা য়েৎ থাও × ⋆ মথং মথং।

# ১বা থঙালোন শূৎ ১০

থাঙলোন ১০

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | তমচা, নাকোং ওই। | ওই য়ান্নবা, ঙাক্লবা, থাঙয়ান | | | ১ |
| ২। | তমচ নাকোং য়েং—য়েং | ,, | ,, | ,, | ১ |
| ৩। | কমর খ্বাং ওই—ওই | ,, | ,, | ,, | ১ |
| ৪। | পালট খ্বাং য়েং—য়েং | ,, | ,, | ,, | ১ |
| ৫। | শির, অমনা কোক য়ানবা অমনা ঙাকপা | | | ,, | ১ |
| ৬। | সুং—অমনা থক্তিন্দা থিনবা, অমা ঙাকপা | | | ,, | ১ |
| ৭। | ডৈরা—অমনা পাম্বোম য়েং য়ানবা অমনা ঙাকপা ,, | | | | ১ |
| ৮। | ডৈরা—অমনা পাম্বোম য়েং য়ানবা অমনা ঙাকপা ,, | | | | ১ |
| ৯। | বৈরা—১বনা পাম্বোম ওই য়ানবা ২সুবনা ঙাকপা ,, | | | | ১ |
| ১০। | বৈরা—২সুবনা পাম্বোম ওই য়ানবা ১বনা ঙাকপা ,, | | | | ১ |
| | | | | | ১০ |

খোঙলোন—কদম খোঙলোন ১বা, ২সুবা, ৩সুবা খুদিংদা য়ান্নবা য়াগনি।

থাঙয়ান — থাঙলোন ৫ সুবা শির য়ানবা হানবহুনা থাঙলোন ৬,৭ ৯ সুবসু হান্না য়াম্লো।

থাঙঙাক — থাঙলোন ৭সুবা য়ানবগী খোঙলোন্দা ৮ সুবা য়াম্নকপহু ঙাক্লমও। অহুম্না ৯ সুবা থাঙয়ানগী খোঙলোন্দা, ১০ সুবগী থাঙয়ানসু ঙাক্লমও। হায়রবদি থাঙলোন ৭/৮ অমসুং ৯/১০ অসি খোঙকম অমত্তদা য়ানবসু ঙাকপসু তৌও।

# ২ সুবা থাঙলোন-শুৎ তরা থাঙনম

**থাঙলোন ২০**

মফম অমত্তদা ২বক হন্না য়াম্ববু থাঙনম কৌএ।

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | তমচা নাকোং ওই। ওই য়ান্নবা অমস্থুং ঙাক্নবা থাংয়ান | | | | | | ১ |
| ২। | তমচা নাকোং য়েং। য়েং যান্নবা অমস্থুং ঙাক্নবা | | | | ,, | | ২ |
| ৩। | কমর থ্বাং ওই। ওই | ,, | ,, | ,, | ,, | | ২ |
| ৪। | পালট ,, য়েং। য়েং | ,, | ,, | ,, | ,, | | ২ |
| ৫। | শিৰ ১বনা কোক য়ানবা ২শুবনা ঙাকপা | | | | ,, | | ২ |
| ৬। | শুং ১বা থজিন থিনবা ২শুবনা | ,, | | | ,, | | ২ |
| ৭। | ডৈরা ১বনা পাম্বোম য়েং য়ানবা ২শুবনা ঙাকপা | | | | ,, | | ২ |
| ৮। | ডৈরা ২শুবনা পাম্বোম যেং য়ানবা ১বনা ঙাকপা | | | | ,, | | ২ |
| ৯। | বৈরা ১বনা | ,, | ওই ,, | ২শুবনা ,, | ,, | | ১ |
| ১০। | বৈবা ২শুবনা | ,, | ওই , | ১বনা ,, | ,, | | ২ |
| | | | | | | | ২০ |

খোঙলোন—কদম খোঙলোন ১।২।৩ শুবদা য়াম্নৌ।

থাঙয়ান—থাঙয়ান্দি ১বা থাঙলোন শুং ১০ গা মান্নে, ২।২ রক হন্না য়ানবত্তনি।

খুংঙাক—ঙাকপস্থু ১বগা মান্নে, অদুমদি ওইরগা ২।২ রক ঙাকপদা খুংসি খরা খরা ইনথোকনা ঙাকও।

থাঙনমগী কান্নবদি, অহানবা থাঙয়াম্না মীগী খুংলাইবু মাংহন্নবনি, অকোনবগী থাঙয়াম্না মশাদা পান্নবনি।

---

# ৩ সুবা থাঙলোন—সুং ১২

**থাঙলোন -১২**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | তমচা—নাকোং ওই। ওই য়াম্নবা ১সুং ঙাক্নবা থাঙয়ান | ১ |
| ২। | তমচা—নাকোং য়েৎ। য়েৎ ,, ,, ,, ,, | ১ |
| ৩। | কময়-খ্বাং ওই। ওই ,, ,, ,, ,, | ১ |
| ৪। | পালট—খ্বাং য়েৎ। য়েৎ ,, ,, ,, ,, | ১ |
| ৫। | শির—১না কোক য়ানবা, ২সুবনা ঙাকপা থাঙয়ান | ১ |
| ৬। | শির—২সুবনা ,, ,, ১বনা ,, ,, | ১ |
| ৭। | সুং—১বনা থজিন থিনবা ২সুবনা ,, ,, | ১ |
| ৮। | সুং—১বনা থজিন থিনবা ১বনা ,, ,, | ১ |
| ৯। | ডৈরা—১বনা পান্থোম য়েৎ য়ানবা ২সুবনা ,, ,, | ১ |
| ১০। | ডৈরা—২সুবা ,, য়েৎ য়ানবা ১বনা ,, ,, | ১ |
| ১১। | বৈরা—১বনা ,, ওই য়ানবা ২সুবনা ,, ,, | ১ |
| ১২। | বৈরা—২সুবনা ,, ওই য়ানবা ১বনা ,, ,, | ১ |
| | | ১২ |

খোঙলোন—৩সুবা কদম থাঙলোন্দা য়াম্নৌ। তাম্থোক তানশিন তৌদুনা য়াম্নগদবা মরোম্নি।

খুংলোন—থাঙয়ান খুংঙাক সুং ১০ গা মাম্নবনি। মতুংদা চঙশিন্দুনা কোক য়ানগনি, হন্দোকতুনা কনগনি। চঙশিন্দুনা সুং থিল্লগা, হন্দোকতুনা সুং কনগনি।

# ৪ শুবা থাঙলোন—দক্ষিন কর্ণাটক

থাঙলোন ১২

১। তমচা — — — নাকোং ওই। ওই য়ানবা কনবা - ১
২। তমচা — — — নাকোং য়েং। য়েং য়ানবা কনবা—১
৩। কমর — — — খ্যাং ওই। ওই য়ানবা কনবা—১
৪। পালট — — — খ্যাং য়েং। য়েং য়ানবা কনবা—১
৫। শির—১বনা কোক য়ানবা ২সুবনা ,, —১
৬। শির—২সুবনা কোক য়ানবা ১বনা ,, —১
৭। সুং—১বনা থাজিন থিনবা ১বনা ,, —১
৮। সুং—২সুবনা থাজিন থিনবা ১বনা ,, —১
৯। ডৈরা—১বনা সেগা য়েং হাইগৎনা য়ানবা ২সুবনা ,, —১
১০। বৈরা—১বনা সেগা ওই হাইগৎনা য়ানবা ২সুবনা ,, —১
১১। ডৈরা—২সুবনা সেগা ওই হাইগৎনা য়ানবা ১বনা ,, —১
১২। বৈরা—২সুবনা সেগা ওই হাইগৎনা য়ানবা ১বনা ,, —১

১২

খোঙলোন—তসুবা কদম খোঙলোন্দা, তাম্নোক তানশিন তৌনা য়াল্লগনি।

খুংলোন — ডৈরা, বৈরাদি, খোঙকম ১ হন্দোকনা ভাকপসু য়াই হল্লবসু য়াই।

# ৬শুবা থাঙলোন-অষ্ট চক্রবাক (১বা চুঙোই) মরোন

**থাঙলোন ৮**

১। তমচা — নাকোং ওই। ওই য়ান্নবা, ঙাকপা ১
২। তমচা — নাকোং য়েং। য়েং য়ান্নবা, ঙাকপা ১
৩। বৈরা -- খুদাং ওই। ওই ,, চুঙোয়না ঙাকপা ১
৪। ডৈরা — খুদাং য়েং। য়েং য়ান্নবা ঙাক্লপা ,, ,, ১
৫। শির — কোক। কোক য়ান্নবা ঙাক্লবা চুঙোয়না ,, ১
৬। পায়ু (উনসাপি) করাঙ। করাঙ হায়গৎনা ঙাক্লবা চুঙোই ১
৭। শুং — খজিন। খজিন থিন্নবা, ঙাক্লবা চুঙোইনা ১
৮। পালট — খুাং য়েং। য়েং খুংলোন পুম্নৈ লয়দুনা য়ান্নবা কম্নবা ১

খোংলোন - ১বা, ২সুবা কদম খোংলোন্দা য়াম্নৌ।

খুংলোন — ১। ২। ৮ সুবা থাঙলোন নর্তনা, অতৈদি চুঙোইতনা ঙাকও। ৫। ৬। ৭ থাঙলোন্দি খোংকম অমম্বদা লেপতুনা, খোং হক্সং হন্দা থাঙতুনা য়ান্নবসু য়াই, চংলপা য়ান্নবসু য়াই।

---

## ৬ সুবা থাঙলোন,-দশ চক্রবাক (২সুবা চুঙ্গোই) মরোন্ন থাঙলোন ১০

১। বৈরা খুদাং ওই। ওইদা, য়াস্থবা/শোইদৎপা, য়াস্থবা ঙাক্লবা
থাঙয়ান ৩

২। ডৈরা খুদাং যেৎ/য়েৎতা য়াস্থবা/শোইদৎপা য়াস্থবা, ঙাক্লবা
থাঙয়ান ৩

৩। শির কোক। কোকতা য়াস্থবা শোইদৎপা, য়াস্থবা, ঙাক্লবা

৪। পান্নু ( উনসাপি ) করাঙ/করাঙ ,, ,, ,, ১

৫। শুৎ খোইদৌ/খোইদৌ থিন্নবা ,, ,, ১

৬। পালট খ্বাং য়েৎ। য়েৎ য়েৎলোম পুমলৈ লয়তুনা য়াম্নবা ,, ১
খোংলোন—১বা, ২বা কদম খোংলোন্দা য়াম্নৌ।

খুৎলোন—থাঙয়ান অপুম্বা লাম্বা ২ না চপ চপ মাম্লনা য়াম্নবা,
ঙাক্লবা মরোম্নি ঙাকপদি চুঙ্গোইত্তনা ঙাকদবা মরোম্নি॥



## ৭ সুবা থাঙলোন-বার লকরিবাক ( চক্রবাক ) ৩সুবা চুঙোই মরোন ।

থাঙলোন ১২ নি

১। পালট ( কমেচা ) খাং য়েং | য়েং য়ান্নবা ভাক্রবা —১

২। ভমচা নাকেং য়েং | য়েং য়ান্নবা ভাক্রবা —১

থাঙলোন ২ নি থাঙকম অমগুদা য়ান্নগা ভাক্রগনি ।

৩। ভমচা নাকেং ওই | ওই য়ান্নবা ভাক্রবা —১

৪। কমর ( কামিশা ) খাং ওই | ওই য়ান্নবা ভাক্রবা —১

থাঙলোন অনিসিস্থ থাঙকম অমত্তুদা য়ান্নবা ভাক্রবা মরোন্নি ।

৫। তৈরা খুদাং ওই ওই চাইগংপা য়ান্নবা য়ানথবা ভাক্রবা —২

৬। তৈরা খুদাং য়েং | য়েং চাইগংবা য়ানবা, য়ানথবা ভাক্রবা—২

৭। শির--কোক | কোক ,, ,, —১

৮। পায়ু কবাঙ চাইগংবা য়ান্নবা ,, —১

৯। ভুং - খোইদৌ । খোইদৌ চিন্নবা ,, —১

১০। পালট-খাং য়েং । য়েং, য়েংলোম পুন্নে কৈতুনা য়ান্নবা ,, —১

১২

খোঙলোনঃ ২শুবা কদম খোঙলোনগী অহানবা ওইরোমদগী চৎপা হৌরকপা থাঙয়ান হৌগনি । অতিংবা খোং-লোম্নি ।

খুৎলোনঃ— থাঙয়ান পুম্বা চুঙোইত্তনা ভাকদবা থাঙয়ান্নি । থাঙয়ান ১/২—৩/৪—৭/৮/৯ অসি খোঙকম অমত্তদা য়ান্নগদবনি ।

## ৮শুবা থাওলোন-চৌদ্দ লকরীবাক
## ৪শুবা চুঙ্গোইঁ মরোন ।

**থাওলোন ১৪**

১। তমচা — নাকোং য়েং/য়েং, — য়াম্নবা, ঙাক্লবা — থাঙনম মরোন— ২
২। তমচা— নাকোং ওই/ওই ,, ,, ,, ,, ২
৩। পালট— খ্বাং য়েং/য়েং ,, ,, ,, ,, ১
৪। কমর— খ্বাং ওই/ওই ,, ,, ,, ,, ১
৫। বৈরা— খুদাং য়েং/য়েং, ,, হাইগৎ/হাইথনা য়ানবা ২
৬। ডৈরা— খুদাং ওই/ওই ,, হাইগৎ/হাইথনা ,, ২
৭। শিরু— কোক/কোক ,, ২
৮। পায়ু— করাঙ/করাঙ— হাইপৎনা উনসাখি ,, ১
৯। শুং— থজিন/থজিন থিন্নবা ,, ১
১০। পালট, খ্বাং য়েং/য়েং — য়েংলোম পুমলৈ লৈহনা য়ানবা ১

১৪

খোঙলোন :— ২ স্নবা কদম খোংলোনগী ওইরোমদগী হৌনা চংপদা থাঙয়ান হৌও। অতিংবা খোঙলোন্নি।

খুংলোন :— খুংঙাক্তি ৫ স্নবা থাঙলোন্দগী হৌনা চুঙোইতনা ঙাকদবা থাংলোন্নি।

# ৯সুবা থাঙলোন, যোল চক্রবাক
## (৫শুবা চুঙ্গোয় মরোল)

থাঙলোন—১৬

১। তমচা নাকোং ওই/ওই য়ান্নবা ঙাক্লবা থাঙয়ান ১
২। তমচা ,, য়েং/য়েং ,, ,, ,, ১
৩। কমর খ্বাং ওই/ওই ,, ,, ,, ১
৪। পালট খ্বাং য়েং/য়েং ,, ,, ,, ১
৫। ডৈরা (১বনা) নাকল য়েং য়ানবা ২সুবা ঙাকপা ,, ১
৬ ডৈরা (অনিশুবনা) য়েং ,, ১বনা ,, ,, ১
৭। বৈরা (১বনা) ওই ,, ২সুবা ,, ,, ১
৮। বৈরা (অনিসুবনা) ওই ,, ১বনা ,, ,, ১
৯। বৈরা (খুদাংদা) ওই/ওই ,, হাইগৎ/হাইথা য়ান্নবা ঙাক্লবা ২
১০। ডৈরা (খুদাংদা) য়েং/য়েং হাইগৎ/হাইথা য়ান্নবা ঙাক্লবা ২
১১। শির (কোক/কোক) ,, ,, ১
১২। পাম্নু (কয়াঙ/করাঙ) হাইগৎনা য়ানবা ,, ১
১৩। (থজিন/থজিন) খিন্নবা ঙাকপা ,, ১
১৪। পালট (খ্বাং য়েং/য়েং) য়েংলোম পুমলৈ লৈদুনা য়ানবা ঙাকপা ১

১৬

খোঙলোনদি— ২সুবা কদম খোঙলোন্দা য়ান্নগনি। অচিংবা খোংলোন্দা চৎলগা য়ান্নগদবা মরোম্নি।

খুংলোন— মমাঙগী থাঙলোন, খুংঙাক্লা মান্নৈ।

# ১১সুবা থাঙলোন আঠার লকরি
# ৭ সুবা চুঙ্গোই মরোল

থাঙলোন ১৮।

১। তমচা নাকোং য়েং/য়েং থাঙনম ২রক ২রক) য়াম্নবা;
ডাক্নবা থাঙলোন ২
২। তমচা নাকোং ওই ওই থাঙনম .... ... ... ২
৩। পালট খ্বাং য়েং য়েং . ... ... ১
৪। কমর খ্বাং ওই ওই .... . ... ১
৫। ডৈরা ১না পাম্বোম য়েং য়ানবা, অনি সুবনা ডাকপা ১
৬। ডৈরা অনিসুবনা পাম্বোম য়েং ... ১বনা ... ১
৭। বৈরা ১বনা পাম্বোম ওই ... অনিসুবনা ... ১
৮। বৈরা অনিসুবনা পাম্বোম ওই .. ১বনা .... ১
৯। বৈরা খুদাং ওই ওই হায়গৎ হায়থা য়ানবা,
ডাকপা চুঙ্গোইনা .... ২
১০। ডৈরা খুদাং য়েং য়েং হাইগৎ হাইথা য়ানবা,
ডাকপা চুঙ্গোইনা ... ২
১১। শির, করাং শুৎ ১বনা য়ানবা, ২সুবনা লোংনা
হীপতুনা ডাকপা ... ৩
১২। পালট খ্বাঙ য়েং/য়েং য়েংলোম পুমলৈ লৈতুনা
য়াম্নবা ডাকবা .... ১

১৮

খোঙলোন - অনিশুবনা কদম খোঙলোন্দা য়াম্নবা থাঙয়াম্নি, হৌবদি ওইরোমদগী চৎপদা য়ানবা হৌও।

থুংলোন — ৫/৬, ৭/৮ 'থাঙলোন্দি, খোঙকম অমমমতদা য়ানবা, ডাকপনি। থাংয়ান ৯ সুবদগী, থাংয়ান পুম্বা চুঙ্গোইতনা ডাকও। ১১ শুবা, শির, পান্নু, শুৎ থাঙলোন ৩দি লোংনা হিপলগা ডাকও।

## ১২সুবা থাঙলোন আঠার চক্রবাক (চুঙোই মরোল ৮সুবা)

থাঙলোন—১৮

১। তমচা নাকোং ওই। ওই থাঙনম ২/২ রক হন্না য়ান্নবা ভাকনবা থাঙলোন ২

২। তমচা নাকোং য়েৎ। য়েৎ থাংনম ২ ২ রক হন্না য়াবা ভাক্নবা থাঙলোন ২

৩। কমর খ্বাং ওই। ওই য়ান্নবা ভাক্নবা ১

৪। পালট খ্বাং য়েৎ। য়েৎ „ „ ১

৫। ডৈরা ১বনা নাকন য়েৎ য়ান্নবা ২সুবনা ভাকপা থাঙলোন ১

৬। ডৈরা ২সুবনা নাকন যেৎ „ ১বনা „ „ ১

৭। বৈরা ১বনা নাকন ওই „ ২সুবনা „ „ ১

৮। বৈডা ২সুবা নাকন ওই „ ১বনা „ „ ১

৯। ডৈরা খুদাং য়েৎ। য়েৎ হাইগৎ হাইথা য়ানবা ভারবা „ ২

১০। বৈরা খুদাং য়েৎ। য়েৎ হাইগৎ হাইথা য়াননবা ভাক্নবা „ ২

১১। শির, পাম্নু, শুৎ--১বনা য়ানবা ২সুবনা লোংনা হিপতুনা, কনবা ৩

১২। পালট খ্বাং য়েৎ। য়েৎ, য়েৎলোম পুমলৈ লয়হুনা য়ান্নবা ১

১৮

খোঙলোন—২সুবনা কদম খোঙলোন।

খুংলোন- থাঙলোন ৫/৬, ৭/৮ অসি খোঙকম অমগুদা য়ান্নৌ। ভাকনৌ। থাক্না চুঙোইগা পুনা ভাক্নবা মরোনি। থাঙয়ান ১১, অসিদি, লোংনা হিপতুনা ভাকও। ১২সুবনা হৌগৎলগা ভাকনৌ।

---

Note থাঙলোন ১২ শী মথাদা ডৈরা বৈরাগী তোঙান তোঙানবা, খুপচোং চোংবা, চাউচোং চোংবা, লৈনা লৈনা য়াকং বানচিংবা শরাশি কয়া কোংবশিডা য়াওজরে। মথংগী কোংবদা [illegible]। —অইবা

লোইরবা

